# মৈহৌরোল পুকোক

ইথোকচবা—

শ্রীইরোম অমুবী সিংহ ( পণ্ডিত )
শ্রীইরোম সুশিলকান্তা সিংহ

লাইব্রিক ফংক্রম
অহৈবগী য়ুমদা ।
মেরাগী পূর্ণিমা য়ুমশাকৈশা

তাং ২৩-১০-৯১ ইং

মমল লুপা ২৫

# মৈহৌরোল পুকোক





| হিরম | লমাই |
|---|---|

# মৈহৌরোল পুকোক

## তাইবঙ মী ওইরকপা

মীওইনা পোকপা ঐখোয়গী খঙদবা য়াদবা ইপা ইপুগী ওইবা হৌরককম খঙবনা মরু ওইবা থবক্নি ॥ ইশাগী থবক, ঐগী কাংলুপকী ফজম্নবা অমদী চাওখৎন্নবা হোৎন্নবনা অথোইবনী ॥ ঐগী কাংলুপ অমাঙবা, ফজদবা, মাঙন্নবা তৌরম্বা মীশিং অদুদী মীগী মপোক্তা পোকলবস্থু শানি মী নত্তে ॥ মরমদি ঐগী কাংলুপ ফজবা লৈপাক মচা তাবা ওইরবদি ঐখোয়না চৎলুবা চঙলুরগা মফম থোঙ খুদিংমক্তা লেমজনীংঙাইনি অমদি মায়পাকনিংঙাইনি। ঐগী কাংলুপ্না ফত্রবা ওইরবদি মফম খুদিংদা লৈথা জবা, মীথা-পোন্বা নত্তনা লেমজনিংঙাই লৈতে ॥ ইপা ইপুনা থমলম্বা ইপোৎ মশক খঙদনা মীগী ঐগী মফম খঙদনা লৈরবদি লৈথা-তাবা মীথা পোনবা হায়বত্থু ওই। ইশাগী পোৎ মশক খঙন্নবা হোৎ-ন্নগদবনি। শাগৈ সনাইগী অহানবা পুকোক্কী রারী অসি খঙদবা মী অদুবু মীথিবোং-মীতম্বাল কৌই। ইপা মশক খঙদবা হায়বত্থুনি, হায়্নবা অপোক মৈহৌরোন লোন য়ুম্বীরেন্দা হায়রি ॥ মীওইবনা খঙদবা য়াদবা, ঐগী ইপা-ইপু খঙন্নবা হোৎন্নবনা পুন্নমক্কী অথোইবনী ॥ ইপালাই-ইপুলাই চাওখৎন্নবা, ইমা লৈপাক চাওখৎন্নবা হোৎন্নবনা মালেম পুন্নমক্কী থবক ওইন্নরী ॥ ইরৈবাক্কী-দমক থরায় মাঙবদা কিদবা মী অদুবু মী মচং, মথায় ওবা

কৌই ।। মী-মচং ওইবা অঙ্গবু হেনবা লৈতে হায়গুনা শৈরেংদা মতিক মগুণ থাহনা শকন্নরী। তাইবংপানবগী হৌন্নবা লাইন্নবা ইনাকখুনবা, পোৎচৈ-লৌন্নবা নিংথিবা ফজবা মতৌ লমচৎনচিংবা অফবা রায়ানচা লৌন্নবদি জগৎক্কী হৌনশানী মরম অহনা হৌজিক পৃথিবী অসিদা মমারোন অমদি লৈবাক্কী চাওখৎন্নবা হোৎন্নবদা থরায় মাঙবা কিদনা হোৎন্নরি ।। ঐখোয়না পৃথিবীগী মফম অমদা চৎতুনা মহৈ মশিং পুং-ঈশৈ লাইরিক-লাইশুনচিংবা লৈবাক মচা ত্তাবা থবক য়াওরুবদা মখোয়না হুংলকপা মতমদা ইরৈবাক্কী পুকোক্কী রারী, শা়্গ সলাই, পুং-ঈশৈ, জগোই, লাইরিক, ঐখোয়গী ইপালাই-ইপুলাই মশক খঙনা হায়বদি অতোপ্পা জাতিগী মাংদা লেমজনীংঙাইনি ।। ঐখোয়বু শকখঙগনি, ঐখোয়গী জাতি হোংবা য়াদ্রবা, পুং-ঈশৈ চোংবা ফনবা খোঙথাং খুৎথেক শাথেক খোনথোক খোল্লাও লাইনা থাবা ইপা-ইপুদগী হৌনা মথং-মথং ত্তৌরকলিবা অসি মীরৈবাক্পা তমজনিংঙাই ওইরবা ঐখোয়গী হৌরকফম খঙন্নবা হোৎন্নগদবনী ।। হৌজিক সংস্কৃতি ভাষানা মণিপুর কৌবীবা ঐখোয়গী লৈবাক চীংনা অকোয়বদা পল শানা কোয়রিবা লৈম-রোন অসিগী মমুংদা ইশাগী য়ুম লৈকম অশেংবা ইয়ুম মশক খঙনা লৈবনা চুমই ।। ইপা-ইমাগী সেবা ত্তৌন্নবা হোৎনবা অসি তাইবংপানবগী মচা পুন্নমক্পা হোৎন্নরিবনী ।। ইপা-ইপুনা থমবিরম্বা লৌরি ইঙ্খোল অসি ঐখোয়না খঙনা-খঙনা তুমিন্না লৈবা চুমদে, ঐগী ইয়ুম অশেংবা মশক খঙদনা মীগী মযুমদা লৈবসি মুংঙাইতবা মতম অমদি লাকনি ।। মৈহৌরোন

য়ুম্বী কৌবা লাইরিক্লা য়ুম খঙবা হায়বদি শাগৈ সলাইগী হৌরকফম খঙবা অদুগা ইপালাই-ইপুলাইবু হৌরকফম খঙবা অদুবু য়ুম খঙবা কৌরে হায়রী ॥

ঐখোয়গী ইমা লৈবাক চীংনা কোয়রিবা তম্পাক অসিবু ভেংথারোম্বা মালেম তম্পাক লৈরেনহম্বী কৌই ॥ চীংবু লোইবী কৌই, চীংদা পাম্বা থুঙ্গংশিংবু হেস্বা কৌই ॥ অদুগা চীংজাও-চীংদোল অরাংবা হায়বদি কৌব্রুনচিংবা লাইফম লাইগী খুভম লৈবা মফমশিংবু নোংলেন লাইরৈবাক কৌই॥ অদুগা ইম্ফাল কংলা কোম্নুংবু চীং কৌই ॥ নোংলোন লাইরৈবাক স্না চীংদোনলেন কৌই। মফম অসিদগী থুঙ্গং অয়াম্বা নিংথৌ পানবা ৮৪ মক্তগী থুঙ্গং ২৮৪ থোক্লা চীং-তম অপুনবা থায়খি অদুদগী কংলৈ ময়াই স্নমতোংপান কৌই হায়না লৈশেমলোন লাইরিক্লা হায় ॥ অক কৌবা গুরুনা-অতিংকোক পোকই, অতিংকোক্লা-অতিয়া শিদবা পোকই, অতিয়া শিদবনা কোনচিন তুথোকপা পোকই ; কোনচিন তুথোকপনা-মহেন্দ্র পোকই ; মহেন্দ্রনা তিলিরেন পোকই ; তিলি-রেম্না-লাইয়িরেন পোকই ; লাইয়িরেম্না খাইয়িরেন পোকই ; খাই-য়িরেম্না-ইতাওরেন পোকই ; ইতাওরেম্না তাওরোইনাই পোকই ॥

অসিনা তাইবংপানগী রাকোকনি ॥ তাইবংপান অসিনা তিন-নবদা অতিংকোক গুরু শিদবনা অতিয়া শিদববু পারি নংনা মী শাও হায়দুনা তাকপীরে, অতিয়া শিদবনা শারে হায়দুনা গুরুদা তাকলে ॥ গুরুনা অসিদি নংত্তে, হঙোই মানলে হায়দুনা হঙোই থোনদুনা থাদোকখ্রে, অমুক্তা শাও হায়দুনা শাবদা গুরুনা

মসিদি য়োং মানবি হায়দুনা য়োং কৌহুনা চিংদা থাদোকখ্রে ; মতুদা অতিয়া শিদবনা হায় হেগুরু করম তৌনা শাগনি হংলবদা গুরুনা ঐগী ইমি তম্বা শাও হায়রবদা গুরুগী মমি তম্বা শারে, মীগী মশক ওইরে, মমিং গুরুনা মী কৌরে। মহাক অসিবু গুরুনি হায়না খঙৈ, অসিদগী তাইবঙপানগী মী পুন্নমক শম্লোক্লে, পুন্নমক্তা চিন্নগা তাওরোইনাইগী মথক্ত তাইবঙপানগী মপু থোক লক্লে ।। মশক অসি লাবনি, তাইবঙপানদা শান্নবগী ওইরকপা মীশক অসি লাইয়িংথৌ কৌই ।। লাইয়িংথৌ অসিনা শাথেক ৫ থোক্লা শান্নদুনা লৈ মতুদা পোকলকইবা, থোকলকইবা তিলিরেম্মা চিংবা অহুনা থৌদাং ওইদুনা, শাথেক ৫ দগী ২ খাইথোক্লে শাথেক অনিনা লাইরেম্মা কৌরে, শাথেক ৩ না লাইয়িংথৌ কৌরে ; অনি থোক্লে ।। শক্তম ওইনা ফোংদোকলকইবা নুপী-নুপাগী মশক ওইবা অসিমক্তা তিল্লিরেন, লাইয়িরেন, খাইয়িরেন. লিনতাওরেন, তাওরোইনাই ৫ অসিনা থৌগল চঙই ।। মসিদা তাইবঙপানবগী নৌনা মথোং কারকপা মতমগী পাম্মুবা, সুংশিবা, কল্লকপ , অপাম্বা নিংবা-থুংবা, ময়াই-কাবা, অকিবা অসুম তৌনা মখল ৭ (তরেৎ) থোক্লা শান্নরে ।।

অহানবা সলাই ৭ পোকপগী ৱারম ঃ—

লহান হয়িথৈ কোরৌ অসুম ৱাংদারিথৈ। মালেম তম্পাক অবেম্বম পাল্লমথৈ, কোরৌনোংগা মালেম লৈগ। শাজংনবা পাল্লমথৈ ।।

মমাংঙৈ ( সত্য ) যুগতা অহানবদা স্বর্গবু হৌজিক্কুম্না রাংদ-ম্নিঙৈদা ।। স্বর্গগা মর্ত্তগা চৎন থোক্না পাল্লমঙৈ মতম ।। তিল্লিরেন, লাইয়িরেন, খাইয়িরেন, তিনতাওরেন, তাওরোইনাই ৫ অসিনা থৌগল্লম্না শাগৈ শলাই খিবিক পোকলে ।

১ । লাইয়িবী মহুমম্না নোংলুম কোল্লে অঙোম পোকই ।। হায়বসিগী মরম-নোংলুম য়োমশনবা, ইকাইতুনা ফিনা খুমজনবা ইকাই-মুংশিনা শান্নবদগী অঙোম পোকই । অদুগা কুপত্রেংনা অঙোম পোকই হায়বসু কুপত্রেং ফজবা, নিংথিবা কুপশনবা ।।

২ । লৈকক লয়ারেন চম্না মুমিৎ কোল্লে, নিংথেম পোকই ।। হায়বা অসিসু মুমিৎ শেংনা শেংদোকপা ইকাইবা লৈতনা লাইরেমগী মশা হকচাং কৎথোকপা অদুদগী নিংথৌজা পোকলে অদুগা সেঙ্গ্রেনা নিংথেম পোকই হায়বা অসিসু হকচাংশেংনা শেংদোক্না উৎপা ।।

৩ । তুংরাইবী তোম্বানুনা ইরোই কোল্লে লুরাং পোকই ।। হায়বা অসিসু ইরোই—লোয়নবা ইরোই লোয়নবদগী ঈশিংগা লোয়নবা হায়বদি মুংশিন্নবা অনিনা তিন্নবদগী হকচাংদগী থোক-লকপা অনিমক্কী লিক্লানা লুরাং পোকই ।।

৪ । মাংরাইবী তোম্বাংম্নুনা শমু কোল্লে ।। খুমন পোকই ।। হায়বা অসিনা, শমু-হকচাং, শমু-মাংভুং, খোঙ-খুৎ য়েশন্নবা হমক্লা শান্নবা ।। শামু হায়বদি নোমহৌ-নোমহৌ চৎতুনা শান্নবদগী খুমল পোকই ।।

৫। চিংস্নু লৈমনা শজি কোল্লে মোইরাং পোকই ॥ হায়বদি, শজি—স্নুংশিনা শান্নবদা চুপ্পবা শজি মশাদা চিক্ল, চুপ্পদুনা শান্নবদগী মোইরাং পোক্লে ॥

৬। থেরে লোংবম চম্নুনা, কৈ কোল্লে খাবা ঙাম্বা পোকলে ॥ হায়বদি, কৈ-কৈগী ফিভম অথুপ্পা অকিবা মখল ১ গী কৈ পোকই, পুকৈ, হায়বদি অরাংপা লৈভনা মপুং ফানা ময়েং তাদনা ময়াই কানা শান্নবদগী খাব ঙাম্বা পোকই ॥

৭। লফুবী লৈখাম্নুনা হামেং কোল্লে শরাং লৈশাংথেম পোকএ ॥ হায়বা অসিনা হামেং-অমেংবা স্নুংশিবা অথোৎপা ব্লা ঙাঙনবা, অশেংবনা নৌনা শান্নবদগী চেংলৈ পোকএ ॥ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মনা শান্নবা মখল ৭ কী সালোন ৭ থোকপা সালোন ৭ কী মশক ৭, মচু ৭ থোক্লা খাইদোক্তুনা সলাই ৭ থোক্লা খাই ॥ (১) অঙাংবদি নিংথৌজানি ; (২) অঙৌবদি অঙোমনে ; (৩) হিগোক্তি লুরাংনি (৪) অমুবদি খুমম্লে ; (৫) অশংবনা খাব ঙাম্বানে (৬) অরাংবনা মোইরাংনে ; (৭) অরাউবনা শরাং লৈশাংথেমনে মচু ৭ অসিবু য়েক ৭ কৌই ॥ অস্নুম্না খাইরে ॥

# অনিস্মুবা সলাই ৭ পোকপা

অহুগা মখল অমা গুরুগী হকচাংদগী সলাই ৭ পোকই ।। মিং য়েংতগী অঙোম পোকই, মিং ওইদগী নিংথৌজা পোকই, নাকোং য়েংতগী লুবাং পোকই ; নাকোং ওইদগী খুমন পোকই ; নাতোন ওইদগী খাব-ঙানবা পোকই ; য়াদগী মোইরাং পোকই অমুম্মা সলাই ৭ পোকই ।। হৌজিক হায়রীবা গুরুগী হকচাংদগী কোক্কী থোঙ ৭ মক্তগী সলাই ৭ পোকই হায়বা অসি গুরুগী হকচাংগী মশক অসি কংলা কোম্নুং অসিগী মফম অসিবুম্মু লাইফম ইবা লাইরিক্না গুরুগী হকচাং কয়াৎনি হায়রি ।। মীওইবগী হকচাং কয়াৎ খঙলবদি কংলা কোম্নুংগী লাইফম খঙই. চপ মান্নে হায় ।। অহুগা লৈকোই চিকংলেন কৌবা লাইরিক্না হায়—ম্নুংগোইবিদি গুরুগী মমিং য়েংনি ; অঙৌবা অঙোমগী পোকফমনে. থরাই মিচাক নিংথৌশিদবনা পাল্লে হায়রী ।। মরম অসিনা কংলা মম্নুংগী মফম লাইফম ৭ অসিদগী সলাই ৭ কী পোক্লবা মফমনি হায়বা লেপনা খঙলে ।। অহুগা লাইরিকশিংদা মান্নদবা মরম থরা লৈ গুরুগী থোপকী মম্নুংদগী অঙোম পোকএ হায়বা লাইরিক অমদা ।। লাইরিক অমনা গুরুগী খৌরিদগী ঙৌনা চোংথোকলকই, অঙোম কৌই হায় ।। হায়রিবা অসিগুম্না সলাই ৭ মক মফম মান্নদনা অঙোমগী পোকফমগুম্না তোঙান তোঙানবা লাইরিক লৈবা অদুগী মরমদি লাইরিংথৌনা লাইরেম্মগা লোয়ননা সালোন অমুক

নৌনা-নৌনা ভৌরকপা যুগ-যুগ অদুগী সলাই ৭ অসিগী অথোইবা মশক অমমম পোকই ।। অদুগী পোকলকপা মফম হোংদোকপা অদুগীদমক মফম মান্নদে ।। অদুগা লাইরিক লেংঙবা অমাইশিংনা লাইদি মশা অমগুনি হায়না মতম হায়দনাইবা মফমদি শোয়ন্নবা অদু লাইনিংথৌ তৌবা ঙম্বা মপুগী মতিক অচৌববু মতম অদুগী অমাইশিংনা খঙনবা অতুমক ওই ।। অদুগা হৌজিক বিজ্ঞাননা মতম অসিদদি শিজিন্নদবা পোৎশকনিনা খঙবদা ৱারবা মরম অসিনি ।। মমস্তুং লাইয়িংথৌনা অনৌবা সালোম লাকপা মতম অদুগী খঙবা ঙম্বা সলাইগী পোৎচঙ হৈ, লৈনচিংবা লা-শিং পোৎচঙশিং অসিস্তু সালোন মতমগী মতুংইন্না মান্নবা মান্নদবা খেৎনবা ।। পোকপা হুমিং মতম থাবাল থা থৱাইমিচাক অসিন-চিংবা খেৎনরিবা মরম অসি মখাদা হায়রগনি ।।

## মখল পাউরো

গুরুবু থুমগাইদুনা সলাই ৭ মকনা য়েন্নহুনা লৌখিএ ।। শৱাং লৈসাংথেম্না খোঙ লৌখিএ ।। ঙাম্বনা তোংলৌখিএ, লুৱাংনা থোপ লৌখিএ ; অঙোম্ন কোক লৌখিএ ; নিংথৌজানা সিন্নুং লৌখিএ ; মোইরাংনা শিংলি লৌখিয়ে, খুমন্না খুৎ লৌখিএ ।। হায়বা অসিগী মরম গুরুগী হকচাং হায়বা অসি কংলাগী কোন্নুং অকোয়ববু কৌই । অদুগা লৈথক লৈখাবোম্দা হায়-অসিবা লাই সনামহী অসিনা মলেম চিংনা কোয়বগী শরুমনি ।। গুরুগী হকচাং থুমগায়বদা মরিন লিনথূপ শিংলি ও মক্লা ইরিন তুরেল থৌবাল তুরেল, ইম্ফাল তুরেল

(৩) মক ওইথি হায়বনাচংগা চিংনা কোয়বা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিগী মওং হায়রি ॥ মরম অহুনা লৈবাক অসি ৭ থোক্না য়েন্নবগী রাফম অসি পাউবৌ তৌনাইবদা গুরুগী হকচাং য়েন্নবনি হায় ॥ অহানবদা অঙোম্বা কোক লৌই হায়বা অসি কোক্কী লমদী কৌক্রনি ॥ অঙোম্বা অহানবা পুরৈরোম্বা কৌদ্রীংগী পুরাং কৌরিঙৈদা নোংলোন্দা লৈনোংলোন হায়বদি কৌক্রনি হায়না মৈহৌরোন পুকোক্পা হায় ॥ অনিশুবদা নিংথেমনা সিন্নুং লৌই হায়বা অসিনা সিন্নুং হায়বদি ঈশিং থোঙবু হায়বনি ॥ গুরু অসি সলাই ৭ না য়েন্নরিবা গুরু অসিগী মশক্তী যগগী কশকনি হায়না লাইরিক্তা হায় যগ লাবগী মশক ওইরবদি, কংলাদা খোইদৌ, ঈশিংথোঙ ওইগনি ॥ অডুগা কংলাদা নিংথৌজাগী মফমনি ॥ অহুমশুবদা লুরাংনা থোপ লৌই হায়বসিনা, থোপকা মফমদি লম্ফেলদনি হায়বা খঙলে ॥

মরিশুবদা মোইরাংনা শিংলি লৌখি হায়বা অসিনা ঈশিং চেম্বরকপা ময়াম্না তাকম পোক্লাক্কী লম ঈরমবু (মোইরাং) শংলি কৌই।

মঙাশুবদা খাব-ঙায়না তোং লৌখি হায়বা অসিনা তোগী মফমদি লৈতাংপাংনি হায়বা লেপ্পা খঙলে । তরুকশুবদা লৈশাং-থেমনা খোঙ লৌখি হায়বা অসি তাকওপাংনা খোঙগী খুমাঙনি হায়বা লেপ্পা খঙলে ॥ তরেৎশুবদা খুমন্না খুৎ লৌখি হায়বা অসিনা, পুমলেন অসিনা ঈশিং চেম্বরকপা মচুমগী মফমনী হায়না খঙলে ॥ খুহুংবু খুৎ হায়না ইরমই : ঈশিং চুমথবগী মফম মচুম

লৌই হায়নসু ইরমই ।। অসুম তৌনা সলাই ৭ মক্লা শা য়েন্নবগুম মাগী মাগী লম হেঞ্জিনব। য়াদনা লৈবা অচু খুৎকনবনা তকশল্লক-তনসু পাল্লি ।

১। অঙোমনা কোক লৌবদি অহানবা সত্য যুগকীনি।। অহানবা লম য়েন্নবগী মরমদা হায়রিবা অসি অহানবা অহানবা য়েন্নখিবগী রানি।। অনিশুবদা অঙোমগী খৌরীগী লম অসি কোংবা তুরেলগী রাংমা মথারোমদা কোংবা মৈরোম্বা হায়বদি—কোংবা কৈথেল ফাওবা অসিগী মমুংদা অঙোম্বা অচুক খুৎ কল্লক্লুনা তকশিল্লকখি য়ুম্ফাল তুরেলগী রাংমা, খুরাইদগী কংলা কোনুংগী নোংপোক থোঙগী মথাথংবদা অঙোম শঙ্গাই পুল্লীবা হায়বা মফম অচু ফাওবা চঙলকপা অঙোম সনা মৈরমবগী রারীসু কংলৈরোন্দা য়াওই ।।

২। নিংথৌজাগী কংলাগী অকোয়না খুরাই, রাংথৈ, থ্বাই-য়াইস্কুল অসিনি ।।

৩। মোইরাংনা লোক্তাকী অকোয়বা হায়বা অসিনা মোইরাংনা খুৎ কল্লকলবদি অরাংলমদা হাইগৎপনা ককরা য়ৌই, হায়রদি ককরা পাৎ অসি খুমনগা মোইরাংগা লম মুন্নবদা খুমন অথোববু মোইরাং অথোবনা রানা মচক ককই ।। রানা ককই হায়বগী ককরা কৌই হায়না সনকাউ ফৌবা লাইরিক্তা হায় ।।

৪। পুমলেনগী অকোয়বা লম হায়বা অসিনা হৈপোপ চাংদা খুমন্না থাবা হৈ-মৈতৈনসু থাবা লম য়েন্নকমনি হায়না য়াবিরোক্নী রারী পরেংদা য়াওই খুমনগী লম হৈপোপকী মথা।

৫। খাব ঙানবগীস্থ লৈতাংগী অকোয়বা লম হায়বা অসিদগী থুং কল্লকলবদি অমুক পাকথোকই ।।

৬। লুরাংগীস্থ লফেন্দগী অরাং পাংবা হায়বা অসিনা লুরাংনা থুং কল্লকলবদি পাকথোকলকই ।।

৭। চেংলৈস্থ তাকওপাংকী অকোয়বা হায়বা অসি চেংলৈনা থুং কল্লক্লবদি পাকথোকলকই ।। কোংবা কৈথেন য়োঁই ।। অস্থম তৌনা সলাই তরেং (৭) অসি মাগী-মাগী কাওলুপ চাওখংম্নবা মরম য়েংনহুনা অকনবনা লম য়াম্না লৌশিনবা, থৌনা ফবা ইনাক খুনবা, পাঙ্গল কনবা তাম্নহুনা পাল্লি পাল্লকই ।।

## অহুমশুবা সলাইপোকপা পুকোক্কী মমিং

১। নিংথৌ তারিনা হুইমু লৈমা পাম্নহুনা নোংহুম শংদশরং লৈশাংথেম মুংঙৌ য়ুমথংবা পোকই ।। অমুক হুইমু লৈমনা য়াওরৈবিদ কোম্থৌজম পোকএ ।। অমুক নিংথৌ তারিনা অরাংবা নোংলোম্দ সোরারেনগী মচা লৈম কাংখলদা ওঙহুনা অঙোম পুরৈরোম্বা পুরাং কৌনা পোকএ ।।

২। নিংথৌ কাংবা লৈম্না—তাম্নুনা নিংথৌজা অরিবা কাহুজম তারিয়া পোকএ ।।

৩। নিংথৌ সীকপ্পনা লৈমুংকাইবী তেরা পাম্নহুনা চাকশঙদা মোইরাং ঙাংনিংশং, ঙাংহুম্থোক অনিমক পোকএ ।।

৪। নিংথৌ কাংখম্ন ফুরৈ লেমস্থ পাম্নহুনা খৈবুংদা খাবা ঙানবা পোকএ ।।

৫। নিংথৌ কক্সু তোমকোমবমা চিমফুরেম পাম্নহুনা য়াউ-রৈবিদা লুরাং নোংদমলেন অহম্বা, খুমন নোংদমলেন অথুবা অনিমক পোকএ।। অমুক নিংথৌ কক্সু তোমকোমবনা লৈমা উরুম খৌজোনবীদা কৌবা অঙাংঙা পোকএ, মোইরাং গুই।। নিংথৌ ৫ অসিনা সলাই ৭ পোকএ।। সলাই খাইথিবা অসিদা (১) অঙোম (২) নিংথৌজা (৩) খাবা ঙানবা (৪) মোইরাং (৫) খুমন (৬) লুরাং (৭) চেংলৈ।। সলাই ৭ অসিদগী খাবগা ঙানবগা অমিথোক্না খাইদোকপা অদুগা চেংলৈ কৌবা, শরাং লৈশাংথেমগা হাউরো কোম্নোগা ২ থোক্না খাইদোকপা অদুগা সলাই ৯ কৌই। নিংথৌ ৫ না পোকপা অসিতমক লৌরবদি য়োইহৈ সলাই ৫ সু কৌই।। অসিগী মথংদা পাথং য়োইরেম্বনা সেম্বীলৈম, লৈতং নিংথৌ চমুনা মোরিয়া ফম্বালচা পোকএ।। মোরিয়া ফম্বালচা নিংথৌগী মনাও ঙাম্বা খুমুজমগা, সোংবু চীংমিগা পোকই।। লৈমতাক্লুগী মচা খাবীনা খাগী চাইরেন পোকই হায়বা অসি খাগী হায়বা অসি মথারমগী চিংমী অসিবুসু অরিবা লোন্দ খাগী চিংমী কৌই।। খাগী চিংমীগা চাইরেনগা পোকই।।

নিংথৌ তারিনা হুইমুলৈমদা পোকপা লমলেকশাং কপুইনা হাওরম কোম্ব, হাওরম শাংবা পোকই।। লৈমকাংথম্ব লম্বুই, লোংবু পোকই।। লৈম উরুম খৌজোম্বীনা লোকথা হাওথা, চকপ, তাংখুন পোকই।। খাকপা, নিংথৌ চমুনা খুয়োম্বেম পোকই

পোকই উরোক উসাই পোকই।। চিক্ফুরোন লৈমনা হৈরেম খুঙ্গান পোকই।। থাঙ্গকম্বোং পোকই।। মসিদা পাখংবনা মেন্দা কম্বা অনিরক শুরে।। মরমদি অহান্বা লৈশেম্বা লোইবদা সভ্য যুগতা লাইরেম্মগা শান্নরিবা লাইয়ংথৌ অসিবু লোইনাই পাখংবা কৌই। অতুগী মথ দা ত্রেত যুগতা (১) নিংথৌ তারি (২) নিংথৌ কাংবা, লৈমতাম্নু (৩) নিংথৌ শবপ্প (৪) নিংথৌ কাংখল (৫) নিংথৌ ককৃম্নু ভোনগোম্বা মঙা অসি মশক অমত্তনা সালোন পুথোক্তুনা মমিং মশক হোংদোকপা মশা অমখক্তানি হায়না মৈহৌরোন্দা হায়।। নিংথৌ ৫ অসিবু লৈম্নুংলোনজা পাখংবা কৌই।। মমিং ৫ মশক ৫ অসিদগী অমুক (১) মোরিয়া কম্বালচা (২) শিতিংপোই লাম্বীচা ২ গা পুল্লগা সালোন ৭ থোক্না শাম্নবা লৈপুং লোঞ্জা পাখংবা কৌই। অহুমশুবা চক্ত লাকইবা পাখংবা অসি মৈহৌরোন লাইরে লাথুপ্তা হায়বদি মুমিং থোক-লকপদা মুমিক্তগী নোংলুম-য়েরুমগুম্ব মরুম অদু লিক্লাগী পুনগুম্বা অমা লাইরেন ভাওরোইনাইনা পুংক্লগা কোন্দুনা থম্মী।। অদুদগী মরুম অতুগী মপানথংবা কুয়োম অতুনা মীগী মশক ওইবা অঙাং অমা ওইরে। কোকলে।। অদুদগী অমুক মতম থরা কোল্লগা, অঙাং ওইনা অমম্নু কোকলে। অহানবা কোকপা নিপাগী মমিং অঙৌপাম্বা অঙোমম্না পাখংবা কৌই।। মানা হান্না নিংথৌ ওই।। অনিম্নুবদা কোকপা অসিনা নিংথৌ অপাম্বা কৌই।। অপাম্বা অসি লাক্লবদা অপাম্বা নিংথৌ ওইরে।। অকোনবা কোকপা (পোকপা) মুপী অসিনা লিকলাপিচা নোংদংম্নু কৌই।। মানা

পুন্নাংদা লৈখি অস্নুম হায়না লৈ ॥ লাইরিক অদিদদি মুমিত্তগী হেক্তা লাকই হায় ॥ অহুমশুবদা লাকইবা, দ্বাপুর যুগকী অহানবা অসিনা লোলাং পাখংবনি ॥ মহাক অসি নিংথৌ অপালবা কৌই ॥

## মরিশুবা সলাই অপোকপা মতাং সলাই, য়েক ৭ পোকপা বারম ॥

সলাই ৭ অসি কাংলুপ অমথক্তা ওইনা লৈরম্বদগী থপাম্বনা সলাই অমুক থাংদোকলে ॥ মুমিংকী পুংগোইদগী তরু-তরুনা হুন্দোরক্তনা নোংছুম শংদ থুংলরে ॥ অপাম্বা অসি পাখংবস্থ কৌই । পাখংবনা মেন্দ ফম্বা অনিরক শুপ্রে খংও ॥ পাখংবনা নোংছুম শংদগী ওকশংদ থোরকল্লে । ওকশং হায়বদি নিংথৌন চংবা অচৌবা মামাম্নবা লাকপদা ঙাইদুনা ওকপা ॥ মক্ষম অহুদা লাই ময়ামনা পাখংবা লাকলে হায়বা তাবদা পাখংববু উম্নবগীদমক্তা লাকইবা অপ পাখংবনা ওকশংদা থোক্তুনা তকুপ তরেং ঙাইদুনা লৈরে ॥ লাই খিবিক পাখংবগা ওকনবা থোং অদুবু ওকথোং কৌই । অদুদগী পাখংবনা লাই পুম্নমক উম্নরগা অমুক য়েনশংদ থুংলরে ॥ য়েনশং হায়বদি শরুক লুকথুং য়েম্বা, য়েম্নবা অদুবু য়েনশং কৌই ॥

লাইরিক অসিদা অথুপ্পা বা হায়গে, লাই ৫ না ওক্লরে হায়বগী ওকশং কৌই হায়রি ॥ মৈহৌরোন লারৈ লাথুপ্তা হায়রী মদুদী লাই ৫ গী শরুক লোবগী বা হায়রী, (১) কৌব্রু

(২) থাংচিং (৩) শোরারেন (৪) নোংপোক (৫) পান্থোইবী অসিনি। লাইপাখংবনা ওকশংদগী য়েনশংদা থুংলরে।। লাই-পাখংবনা থোক্লে।। তুবিনা য়েকপদি লাইরেন ঙাংহুম ঙাংনা য়েক তমলে।। লাইরেন থোইবি ঙাংনা য়েকতমনখিয়ে।। মাগী ঈদি নিংথৌজানে।। তুবীনা অমুরক মচুম্না হৌনা লৌরে।। তুবীনা অমরক য়েকপদি লাইরেন মুহুমুনা য়েকখি।। মাগী ঈদি খুমন তোংগা ময়েকপা তুবী হৈনা লৌরে।।

তুবীনা অমুরক য়েকপদি লাইরেন ঙৌতুম ঙৌয়েক্লখি। ময়ুম লুরাং য়ুমঙোগা য়েক্ল য়েকপা হৈনা লৌনরে। তুবীনা অমুরক য়েকপদি লাইরেন রাউহুম রাউয়েক্লরে, লুরাং ফুংবান কৌই, লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী ঈদি অসিনি থংও।। নোংবান অঙৌপানবগী ঈদি অঙোমম্না ঈনে।। তুবীন ফম্বাল ফম্ব শুরে থংও। তুবীনা অমুক য়েকপদী লাইরেন মানহুম মেমাম্না য়েক-খিয়ে মাগী ঈদি খাব ঙাম্বনে থংও।। তুবীনা অমুরক য়েকপদি লাইরেন শংহুম শংয়েক্লরে মাগী ঈদি শরাং লৈশাংথেমনি তুবিনা অমুবক য়েকপদি লাইরেন লৈচেং লৈয়েক্লরে মাগী ঈদি চেংলৈনে থংও।।

## মৈহৌরোন লারৈ লাথুপ্পা হায়বা

পাখংবনা লাই ৫ গী শরুক থুংবদা মোইরাংদি থাংচীংগা পাখংবগা ঈতিম্নরে অদুদগী অরংবা য়েক্তমখিএ।। অঙৌপাম্বদি পাখংবগী সলাইনি হায়না মচু নিংথৌজাগা পুনবা মচু ওইরে।।

থাংচিংগী ঈ কোইরেং ॥ ম্বাংবরেনগী ঈ, কোম ॥ সোরারেনগী ঈ চকপা ॥ নোংপোক্কী শরুক লুকথুং য়েম্নরে ॥ মীগীস্থ লাইগীস্থ শরুক য়েম্নরে ॥ অপাম্বা নিংথৌ অসিনা নোংদা লাইরেন পাখংবা ওইনা অমুক লাকপনি হায়না লৈথক লৈখারোন্দা হাম্নরি ॥ অদুনা পাখংবা হায়না তেংথানৈ অপাম্ববা হাক্তকী মচুনে ॥

## ৫ শুবদা সলাই ৭ শেমগৎপা, পোকপা ॥

মরিশুবদা কলি যুক্কী অহানবদা নোংদা লাইরেন পাখংবগী লাংওন অসিদস্ত অহানবা লাইয়িংথৌনা সত্যযুক্তা শাম্নখিবা পোকপা সলাই তরেংমক্কী অহানবগী মশক অদু লৌদুনা লাইরেম্মনা শান্নে ॥ লাইরেম্মা হেল্লোই ৭ মক্না চেপখোল্লোং পায়দুনা মুংজেংদা লোংখিল্লে ॥

১। লৈকক লৈয়ারেন চমুনা চেপখোল্লোংনা নিংথৌজা, পাখংখোয়রেম্ব খোনকৎলে ॥

২। লাইয়িবী মহুমম্মুনা নোংলুম খোনকৎলে ॥ অঙোম ওইনা ফোংলকলে ॥

৩। লফুবী অরৈম্মুনা হামেং খোনকৎলে চেংলৈনা থুয়োন লৈখোং শেমনৈএ ॥

৪। মাংম্বাইবী তোৎথাংমুনা হৈরেম কাও খোনকৎলে থুমন পোক্লে।

৫। চিৎমু শজিবীনা শজি খোনকৎলে, মোইরাং শাৎলে

খাবা মায়থিব পিহল্লি ॥

৬। ভুংৱাইবী তোম্বা-মুনা ইরোই খোনকুংলে লুবাং খাইবিরে ॥

৭। থেরে লাংকল্পী থেরে লোংবমচমুনা কৈ খোনকংলে ভাব্বা শাংহৌএ, খাব মথাক থর কলে ॥

লাইরেম্মনা শান্নরিবা মরম অসিনা অহানবগী লাইয়িংথৌনা শাইওন তৌরক্নুনা নোংদা লাইরেন পাখংবা ওইরকপনি হায়বা লেপ্পা খঙনরে ॥ লাইরেম্মগী শাইওন ৭ থোকপা মমিং মশক হোংদোকতনা হেলোই ৭মক অসিনা সলাই ৭মক অসি অমুক নৌনা শেমগংলে ॥

## নিংথেমলোন নিংথৌজা

লৈমু য়াবিরোক্লা নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকএ ॥ পাখংবা নিংথৌ ওই, লাইশ্রানা লৈম ওই ॥ লাইশ্রানা খুইয়োই তোম্বোক পোকলে, নোংমাইমুনা লৈম ওইরে, তাউথিংমাং পোকলে, তাউথিংমাংনা হাওমুখু পান্নচুনা খুইনিংঙোম্ব পোকলে ॥ খুইনিংঙোম্বনা হাওমুহন পান্নচুনা পেংসিব পোকলে ॥ পেং-সিবনা লাইতোনখু পান্নচুনা কাউথংব পোকএ ॥ কাউথংবনা লাইতোংহন পান্নচুনা নাওথম্ব পোকলে ॥ নিংথৌ ৭ অসি পাখংবগী শাইওন হঞ্জিনবনি হান্নরা লাইরিক্লা হায়রি ॥ য়াউরৈবা চমুনা নাওথংবা পোকলে ॥ নাওথংবনা কাইরেম্মা পান্নচুনা শামৈরাংগা থমংলাংগা ২ পোক্লে ॥ থমংলাংদি নিংথৌ ওইদে মাগী ঈদি খোইরোম, য়েনখোম অনি অসিনি ॥ শামৈরাংনা

কম্বোংথেম চম্ন পাম্নদুনা, কোম্বৌংগা, পুংমাইগা ২ পোক্লে ॥ পুংমাইদি নিংথৌ ওইদে, মাগী ঈদি ফনাম্বমনে ॥ কোম্বৌবদি নিংথৌ ওই ॥ কোম্বৌবনা খাবী লৈয়োনলগা নোংবান হোয়াম্বীগা ২মক পাম্নদুনা খাবী লৈয়োনলাংনা নাওহনতেংনা লাংয়া তোংবনে, য়োইচাংলাং পুংফৈ তোংবনে, নাউথিংখোংনে, নিংচিংভা লাখোংতোংবনে ৪ পোক্লে ॥ লাইখংবগী ঈদি লৌবেম্বনে ॥ নিংথৌ ওইদে নাউথি খোংনা নিংথৌ ওই ॥ ময়াম্বা মনাও-শিংদি নিংথৌ ওইদে অসিদগী নিংথৌজাগী য়ুমনাক মথং-মথং ময়াম তারে ॥

## অঙোমলোন ॥

খাকপা নিংথৌ চম্নুনা চৌং রাংলক্কী পুরৈরোম্বা পোকলে ॥ পুরৈরোম্বনা মুরৈশং সফাবীগা পিথেংলৈমগা ২ পাম্নদুনা মুরেশং সফাবীনা হংখৈলোংনাখাব পোকএ ॥ পিথেংলৈমনা খাংয়েন অহনবনে খাংয়েন য়াইমনে, খমনুংম্নাইথংবনে ৩ মক পোকএ ॥ খাংয়েন অহনবগী ঈদি য়ুমলেনবম, লংমাইথেম অনিসীনি ॥ খাংয়েন য়াইমগী ঈদি হিদামনে ॥ খমনুং হম্নাইখংবনা অঙোম ওইএ, ফম্বাল তোংএ ॥ ইংখৈলোংনা খাবগী ঈদি লুংওংজম রাংথোম অসিনি ॥ অসিনচিংবা অঙোম সলাইগী য়ুমনাক অম্নাম্বা লৈ ॥

## অঙোমদগী খাইবা কোংবম্নলোন ॥

উয়েন লৈমা থংগোংলুনা অথা কোয়াম্বা খিংবনিনা লোই-নেংপা পোকয়ে ॥ পাখ কাবীনা সিকোংলাম্ববা কাইরংবম্নুনা অলুম অতেংবা পোকয়ে ॥

## অঙোমদগী খাইবা কাস্তোকলোন অঙোওইনবা লৈরা থোংনাংলোন ॥

লিক্লা পিচা নোংদংঙ্গুনা লুরাং মশাইগোন অয়ুক তাবা লিক্লা, পুনগুম্না তাশম্বা মসুংদা অঙাং অপিশক ওইনা কাওক্ররে ॥ লুরাংপুন্সীবগী মতু হাউসিয়াং পুয়াংবা চম্নুনা মচা পোক্তুবগী মমোম ওইনা য়োকচৈএ ॥ মানা লুরালোংপা তিমহুনা মপুং কারবদা সোরারেম্না তোংপাইবে ॥ নিঙোল কাদা অহিংদা চংলকপদা লুরাং পুন্সীবনা তারহুনা কানানো থোইয়ুম লাইরা তাইবং মীরা হায়না হংববু সোয়ারেম্না ঐদি থোইয়ুম লাইনে, সোরারেনানি নমোমবু সুংশিরহুনা তোংপাইরবনিনা লুরাং নিংথৌ নংবু মতম কুইনা পুন্সীববু লনকুবীরমগে হায়রমলগা সোরা-রেনদি মাঙখ্রে ॥ অহুদগী খরা লৈরগা হুমিং থা মশিং সুরবদগী লাইরেম্মা অঙাং মচানিপা অমা পোকএ ॥ লিক্লাগী লাইরেম্মানা অঙাং পোকপগী ফিরোল শুদোকে, হকচাং শেংদোকলুগে হায়বগী লুরাংগুরুন্দা অঙাং শিন্নরমলগা লমকেলপাত্তা চংখ্রিডৈদা, পুরৈ-রোম্ব অঙৌ পাম্বনা নিংথিজবগী মশক ওইনা লাকই ॥ অঙাং অহুগী নিংথিজবা ফজবা অহু পুরৈরোম্বনা অঙাং অহুদা মুম্না য়েংই অহুদা লুরাংগুরুনা পুরৈরোম্বদা পিখ্রে অহুদগী লুরাংগুরুনা অঙাং ১ শারে, মমাদা পিরে, অহানবগী থোইদোম অকোন্বগী মানদোম লিকলা পিচা নোংদংহুবা সোরারেমা তোংপাইহুনা থাইদোম মানদোম পোকই ॥ খাইদোমদি নোংখাল কাস্তেক

ওইখি ॥ মানদোমনা লৈরখোংনাং ওই ॥ মানদোম্না তিংগোই নিংথৌ চম্নু পাম্নদুনা খ্বাং পোকই ॥ খ্বাংনা য়াইবী লৈমা পাম্নদুনা থম্বোং পোকই ॥ থম্বোংনা লৱাং মাইলংবী লেরা পোকই ॥ লেরানা ভাম্নুসু (ভাম্নুমী মশু) পাম্নদুনা খোংনাং পোকই ॥ খোংনাংনা ভাম্নু (ভাম্বগী নিঙোল) পাম্নদুনা লম্বুই, কপোম ভেলোই, লৈসন অসি পোকই ॥ মখোই মরি অসি চীংমী ওইখি ॥ অমুক ভাম্নুনা মসেম, কোনথু অনি পোকই ॥ ভাম্বগী নিঙোল অমা ভাম্নুনা হাওরা মযুম সেনহোংবা পোকএ ॥ সেনহোংবনা মোইরাংথেম চম্নু পাম্নদুনা কুরাউমা পোকলে ॥ মান্দোমগী ঈদি খোংনাম, মোনসাম, খোইবম শম্বালত্রাম য়ুমনাক অসিনি ॥

## চেংলৈ, লৈশাংথেমলোন ॥

হুইমু লৈমনা, মুংঙৌ য়ুমথংবগা, লমলেকপাংদা, অতোম্বা থেঙ্গোইবগা ৩মক পোকই ॥ লমলেকপাংনা কবুই ওইখি, চিংদা কাদুনা পাম য়ানখি ॥ অতোনবনা হাওরোক কোম্নৌ ওইখি ॥ মুংঙৌ য়ুমথংবনা লৈশাংথেম ওই ॥ মঙাং নিংথৌ চম্নু লোদুনা মুংঙৌ লুমথংবনা, য়ুকাংকৌ পোকই, মুংমু লৈমনা সরাতোন পোকই ॥ মঙাং নিংথেম চম্নুনা সরা পুকতাং, মঙাংনিংথৌ চম্নুনা সরা ভানৈ পোকই ॥ মঙাংনিংথৌ চম্নুনা খোংফ্জি মুংলাইবা, পেম্নুনা থাংই তাওবুং খোংদোদা পোকই ॥ লরাই মান শরিকনা লমলোইবা পোকই ॥ ইরেম তোইবী লৈমা লুরাং খুব চম্নুনা পাঙথাং অহনবা, যুনাওরোই য়াইমবা, কামু অতোনবা ৩ পোক্লে ॥

৩ মকী ঈনা পোৎশংবম, থাংজম অয়েকপম, লৌশিকপম অসিন-চিংবা য়ুমনাক অয়াম্বা শম্বোকলকই ॥

## কোম্মৌজমলোন ॥

নিংথৌ তারিনা, হুইপুলৈমা পোকপা, মঙাংনিংথৌ চনুনা নোংলেম ॥ মঙাংনিংথৌ চনুনা লেম্বা— মঙাংনিংথৌ চনুনা থরান ॥ মঙাংনিংথৌ চনুনা হাওরোক মঙান নিংথৌ চনুনা মাইশাং; মঙাংনিংথৌ চনুনা যমকোম্বা, মঙাংনিংথৌ চনুনা য়ুনানবা, মঙাংনিংথৌ চনুনা নাম্বা শাকাবা। নাম্ব শাকাবনা মঙাংনিংথৌ চনু পাম্নদুনা মুব পোকএ ॥ মুবনী ঈদি কোম্মৌজাম চাইব কৌএ ॥

ফিশাবগী কোম্মৌজম সাওম্বা ময়ুমনে ॥ অমোৎপগী হাওরোক-চমনে, অহম্বগী চেক-শানে কোম্মৌজম ভরোইময়ুমনি ॥

## লুৱাংলোন ॥

কৌবরেন নামোইগুনা লুৱাং পুন্সিবা পোকএ ॥ পুন্সিবগী মতু মাপল লেপ্লে, মতু অমা ইরেম নাউশংথুনা মুংবালয়ুম খুজেং পোকএ ॥ য়ুম খুনজেংনা নোজেংসু পাম্নদুনা অশাংবমনে, অৱাম্বমনে, তিনবিজমনে, লৈরোংজমনে মরি পোকএ ॥

মতু অমনা চীংমুং হাওবা চনুনা মচা লুমচেংহম্বা পোকএ ॥ লুমচেংহনবা কৈদা, খুঙ্গানা ময়ুম ওই ॥ মচা মৎং অমা লোকহম্না থাঙ্গাল মখান ওই ॥ মচা মৎং অমনা লোকখুনা কম্বোং লোকখু ওইদুনা অৱাংগী চিংদা লাম্না কাখিদুনা শন্দোক্না

পানখি ।। মথংদা তাংখোম্বনা খুমুকচম থাংশাবা ময়ুমনে ।। অসিদগী লূরাং সলাইগী মথং-মথং য়ুমনাক অয়াম্বা ওই ।।

## মোইরাংলোন

লৈমা তাম্নুগী মচা উরেনহম্বগী ঈমা মোইরাং থোকচোমনী ।। উরেনহম্বগী মনাও অতোনবা লংবগী ঈনা চীংদা কাহুনা, লাংদে-মরিং ওই ।।

কোব অঙাংঙাগী ঈনা মোইরাং অনৌবা লাইরেনময়ুম ওই ।। হুইমু লৈমনা থোংলেপ হয়িংখোইজা অরিবগী শাগৈ, হুইমু লৈমনা নোংমাই মুয়োইরেম্বী কৌনা মোইরাং অয়াম্বা পোকপদী মোইরাং য়াইমবনে ।। নিংথৌ মুংয়াংচাওবগা মনাও তাংক্রুমলুমইবগা, মচিন মনাও অনিমক্তি পাথংবনা থাবগা ফম্বাল মুন্নবদা মোইরাংদা খুনগুমঙৈদা পোক্লম্বা পাথংবগী ঈনি ।। মোইরাং য়ুমলেন্দি, লৈমুংঙাংসবীনা ঙাংনিংশং পোকই, ঙাম্নুনা হামশা, ঙাম্নুনা নারেং, ঙাম্নুনা ফাংফাং, ঙাম্নুনা শুম্নুবা ময়াং-লোইকেম্বা, লাইরা লৈমা ফিথোইকাংবা চম্নুনা ইরাংকৈতেম্ব পোকএ ।। মুংচা চম্নুনা চাওবা শৌবোল ঙম্বা পোকই ।। চাওবা শৌবোল ঙম্বনা লাইতোংমু সফাবী পান্নহুনা, লাইফা চেংবা খুরাই লমলোংবগা মনাও মুবগা অনিমক পোকএ ।।

লাইফাচেং খুরাই লমলোংবনা মৈদিংঙু কোম্হৌবা চনু নাওরেমতোন পান্নহুনা মোইরাং নিংথৌ ওইরে ।। মচা উরা খুন্দাবা পোকলে ।। মোইবী লৈমা খিমোই লাংবা চনু পান্নহুনা

থ্লাকথ্লাগা মনাও অমগা অনি পোকই ॥ মনাওগী ঈদি মোইরাংথেমনে ॥

রায়েনবমনে, নায়েংবমনে ॥

মনাও মুবনা, অথুরাগা অহৱরাগা অনি পোকএ ॥ অথুরাগী ঈদি মেনৈবমনে ॥ অমুম তৌনা মোইরাং শলাইগী মুমনাক শম্বোকলকই ।

## খাবরোন ॥

লৈপিরেম্মা তৌরিনখা, লৈথমলেম্মা তৌরিনখু, লৈশংলেম্মা তৌরিনখা, লৈথম নিংথৌ চম্বুনা তৌত্তিংতৌ, লৈপাই নিংথৌ চম্বুনা তৌদাল, মহৌ নিংথৌ চম্বুনা তৌরাং, লৈরেন নিংথৌ চম্বুনা খাব, লমতং নিংথৌ চম্বুবা লৈশংলেন পোকএ ॥ কাংলুপ অসিদৌ তাংখুল ওইদুনা চিঙদা কাখয়ে ॥

লৈচিক নিংথৌ চম্বুনা খাব লৈথেম থমলিবনে ॥ লৈম্নুং-য়্খো চম্বুনা খাব য়ুখো, লৈম্নুং য়ুপুরোই চম্বুনা খাব য়ুপুরোই লংমাই নিংথৌ চম্বুনা তুরুম কোইব, মঙাংনিংথৌ চম্বুনা মহৌ-লায়িংথৌ, মঙাংনিংথৌ চম্বুনা খাব ফাস্তোংব, মঙাংনিংথৌ চম্বুনা লিলি, লংমাই নিংথৌ চম্বুনা খাব, লৌরেম্বম চম্বুনা খুঙ্গিল, য়াইখোম চম্বুনা তোম্নাবা লৈমজম চম্বুনা সেংবাই লাম্বব, রাংথৈরাকপম চম্বুনা য়োংঙা, নাম্বম চম্বুনা তেনতোন রাককা ইচাওবগা অনিমক পোকএ ॥ ইচাওবদি সোইনাইদে ॥ তেনতোন রাকনা লংমাই নিংথৌ চম্বু পাম্নদুনা— লৈরাই নিং-থৌগা খাব মনাও হুইতোন পোকপশা, অতোন লৌখম্বগা অহুম

পোকএ ॥ লৈরাই নিংথৌগা অতোন লৌখম্নগদি সোইনাইদে ॥ খাবগী শলাই য়ুমজংবদি খাব হুইতোন পোকপগী ঈদি নোং- জেংবম খাব নোংঙানবনা খুরাইজমনে ॥

## খুমনলোন ॥

চিনফুরোন লৈবিঙাম্বীনা নোংদমলেন অথুবা পোকই ॥ নোংদমলেন অথুবনা লৈথমলেন চম্নু পাম্নরগা কোন্দে খুংচুম মাই, থোংনাং কৈবী য়াং, থিকলম কোইনম্বা, সিনম্নু অথা হায়বা মরিমক পোক্লে ॥ থোংনাং কৈবীয়াংনা ঙাম্নরোন পাম্ন- হুনা নাউরাসোই চেপমাই পোকএ ॥ লৈম্নুংমাইবীনা কোন্দে- মাই পোকএ। মাগী ঈদি অয়ামনে। সিনম্নু অথানা লৈ- থমলেন চম্নু পাম্নহুনা লৈরুমলেন সিনহৈবা পোকএ ॥ লৈম্নুং- লেম্বীনা লৈম্নুংসিনাই অথাচা পোকএ ॥ ঙাম্নুনা সিনম্নু নারোংহৈ পোকএ ॥ মাগী ঈদি অথামনে ॥ অসিনচিংবা খুমন সলাইগী য়ুমনাক অয়াম্বা লৈ ॥

## খুমনলোন য়ুমলেন ॥

ঙাম্নরোন থোংঙাইবচম্নুনা লুব পোকএ ॥ লুংবনা ঙাম্নরোন নিংথৌ য়েন্দাং চম্নু লৈমা লাইরৌলেম্বী পাম্নহুনা, কচেংব্রা য়েংমাংব পোকএ ॥ কচেংব্রায়েংমাংবনা ব্রাঙমলোন পেংশিবা চম্নু ম্নহুনা খোম্বা পোকএ ॥ খোম্বনা ব্রাঙমলোন নাওখম্ব চম্নু লৈরুমলাংবী পাম্নহুনা খোম্বনিংথৌবা (নিংথৌখোম্বা)

পোকএ॥ খোয় ঙিংখৌবদা য়াওয়লোম মাওথয় চম্ব মেৎপী লাইবী পায়ছুনা অতোম লাইফেংবা পোকএ।

অতোন লাইফেংবনা ঙাক্নরোন কাইরেমা পায়ছুনা পুন্সী য়ু-মোইব পোকএ॥ পুন্সী য়ুমোইববু খৈবছুনা ঙাক্নুথুম্বীগী মচা সেনবনা নিংখৌ ওইরে॥ য়োইথোং ঙাইবদি থৈরে॥ সেনবনা মচা অহুম পোকলে॥ সেনবনা নায়বদা য়োইথোংঙাইনা নিংখৌ ওইএ॥ সেনবগী মচা লাইবদি লৈভাঙদা থৈরে॥ লাইবদি উচিন্নাদা শিরে॥ মনাও অতোনবদি মরিং ওইখিয়ে। মচা অমদি শোই-নাইদে॥ য়োইথোংঙাইগী ঈদি মাইবমনে॥ য়োইথোংঙাইনা কাইরেমা পায়ছুনা, হাওরম অহনবগা, হাওরম নিংগোই য়াইম-বগা, হাওরম অতোনবগা ৩ পোকলে॥ হাওরম অহনবগী ঈদি থোইদিংজম, য়াংলেম॥ হাওরম নিংগোই য়াইমবগী ঈদি খিংজম, কাইরেম্বম তাওরেম॥ হাওরম অতোনবগী ঈদি মোংবিজম লৌশংময়ুম, হরাইবম॥ অসুম তৌনা তুমনগী য়ুমনাক অয়াম্বা থোকলকই॥

## সলাই ৭ শরুক মকম

### লাই খুরুম্বগী সলাইগী পোৎচঙ

### (১) 'অঙোমগী"

পোকপা হুমিৎ— নোংমাইচীং ইরাই, নিংথৌকাব।।

পোকপা থা— রাকচীং, ইঙেন, লাংবন।

থরানমিচাক— চিংজরোইবী, থাদোন ।

লৈ— লৈশং, থরো অঙৌবা থম্বাল অঙৌবা।

হৈ— হৈবোং, হৈবা।

ঙা— ঙারা, শরেং অঙৌবা

শা— নোংগৌবী।

মায়পৈ— লিকলম।

লাই— শোরারেন নামুংবা।

লা:— লারোং, লাকোই, শৈহৌলা।

ঈশিং— কোংবদগী, লম কোংবগী মমাঙথংবা কোংব কৈথেলগী অরাং।

মচু— অঙৌবা

মকমৈ - ১২ পানবা।

মতম— অয়ুক্কী য়ুথক।

নাউরোইবী— থাম্প নিংথৌ চনু।

মচু— অঙৌবা।

মৈ— মৈবা চিংলবা লৌবা

নাহৈব— শেংদোক্লবা তাইরেন।

থাঙ— পুকপ থাঙ।

শীং— উপল, শয়ী।

## (২) "নিংথৌজাগী"

পোকপা মুমিং— শগোলশেল, নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশা

লাঃ— থমলা, চংবীলা।

থৱানমিচাক— থবা, খঙাই, থাদোন।

মকমৈ— থাশি, থানিল।

হৈ— হৈরি, হৈজাও, থমচেং।

ঙা— ঙাহৈ, শরেং মথা ঙাংবা।

শা— মোংব

লাই— সোৱারেন অঙানবা।

মতম— মুমিৎ য়ুংব ঙকয়া।

পোকপা থা— ইঙা, কালেন।

লৈ— থম্বাল অঙাঙবা

নাওরোইবী— য়বিরোক

মচু— অঙাঙবা।

ঈশিং— মুংজেং, মুংজেংগী কংলাগী অকোয়বা লমদম, খুরাই, য়াংথৈ, য়াই য়াইস্কল।

মৈ— মৈয়েদগী লৌবা।

নাহৈবা— উরুম, (উনা মখল ১)

থাঙ— চাকথাঙ।

শীং— শয়ী উয়ুং।

## (৩) "মোইরাংগী"

পোকপা মুমিং— থাংজ

পোকপা থা— মেরা, লমদা

থৱানমিচাক— থায়াই, চিংজরোইবী

মতম—মুমিদাংগী য়ুথক অহানবা

মচু— অরাংবা নাওরোইবী, লৈমুংঙংশাবী।

ঈশিং— লোক্তাক, লোক্তকী, য়াংমগী লম অকোয়বা।

লা— থাংলা।

লৈ— লাংথ্রে, য়েরুমলৈ।
হৈ— হয়িং, কাংগ্রৌ।
ঙা— ঙাতেন, শরেং অরাংবা।
শা— উরেম্বী।
মায়কৈ— মুংশিং লম।
লাই— থাংচৌং

মৈ— মৈথাং অহুমলক লৌবা।
নাহৈব— নাউহিং (নাপি মখল অমা)।
শীং— থাংলা, ভৌ, কুহি।
থাঙ— য়েনবা মভোক শাবা

## (৪) "খুমলগী"

পোকপা মুমিং— ইরাই, লৈবাকপোকপা।
পোকপা থা— কালেন, শজীবু, মেরা।
মাকমৈ— থান্দিল।
মতন— অহিং নোংয়াই।
মচু— অমুবা।
থরানমিচাক— থয়াই, চিংজা- রোইবী
লৈ— লৈথাম, কাকলৈ, লৈশং।
হৈ— হৈক্রু, হৈবোং।

ঙা— ঙাতিন, শরেং মুরৈনবা।
লাই— রাংব্রেন।
শা - উথুম।
ঈশিং— পুমলেন, পুমলেনগী অকোয়বা লম।
মৈ - মৈথাং ৭ ভগী লৌবা।
লা— চংবী, কাকলা- থাংলবা
থাঙ— মতোন ককপা।
নাহৈবা - পুংফাই।
শীং— চাথোং, শয়ী, রাগী শীং চাউখোং, শয়ী, রাগী শীং।

## "(৫) থাব ঙানবগী"

পোকপা মুমিং— শগোলশেল, নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা।

লৈ— হাওরৈ, লৈশং, য়েরুমলৈ, মৈলৈ।

পোকপা থা— লাংবল, কালেন,
ইঙা, ফাইরেন।
মাকমৈ— ১০ নি পানবা,
১৪ পানবা।
মতম— অয়ুকী য়ুথক অহানবা
মচু— অশংবনা লাংবা, মেমাম্বদা
ঈশিং— লৈতাং (লৈতাংগী
অকোয়বা লম)।
লা— লৈহৌলা, লায়োংলা।
মৈ— লৈথাম কাম্বী মৈ য়াই-
শেংদগী লৌবা।

হৈ— হৈরুয়া, হৈবুং।
শা— ওক
লাই— থমচীংগোল।
ঙা— শরেং শংনা লাংবা।
থবানমিচাক— চু শেম্নবী নাও-
য়োইবীদি পুয়োইলেমবনু।
নাহৈবা— নাপু, নামেম।
থাঙ— লাইথাং চিনাইবা।
শীং— চীংয়েনশিন, শীংনাং।

## (৬) "লুবাংগী"

পোকপা মুমিং— লৈবাকপোকপা
ইরাই, শগোলশেল, য়ুমশকৈশা।
পোকপা থা— য়াকচীং, ফাই-
রেন।
মাকমৈ— থানিন, ১২ পানবা।
মায়গৈ— অয়াং।
মতম— চীংথৈ হুল্লকপদা।
মচু— হিগোক
হৈ— কীহোম, হৈবা।

মৈ— কম্বী মৈ, খোইজু য়াই-
শেংমৈ।
নাহৈবা— উখোক মতোন।
লা— লারোং লায়ই।
লৈ— খোঙগল মেলৈ, উয়ুমলৈ
থাঙ— তোন্দুম্বা।
শী— উপল, হৈক্রু
ঈশিং— লমফেল (লমফেলদগী
অয়াং পাংবদা লৈবা)।

লাই— কৌক্ৰ।
ঙা— ঙমু, শরেং শংলৈনবা
থরানমিচাক— নিংথৌ শিদা,
থায়াই,লিক্লা শাকাবা।

## (৭) "চেংলৈপী"

পোকপা মুমিৎ— য়ুমশকৈশ,
নোংমাইজিং (লংমাইচিং)।
থরানমিচাক— শজিক
মাকমৈ— ১০নি, ১৭নি পাম্বা
মতম— অয়ুক্কী য়ুথক অহাম্বা।
মায়কৈ— ফেলজি।
লাই— নোংচুপ অরিবা।
মচু— শংবান্নবনা লাংঙে।
ঈশিং— তরূা, লম তাক্লা, থাগী
মথা অকোইবা
লৈ— লৈশং, লৈথম, শংকুপ লৈ
লাঃ— লৈহৌরা, থমলা, ঈথম-
লা, চংবী লায়াই।
পোকপা থা— ইঙা, কালেন,
ফাইরেন, শজিবু।
মৈ— লৈথামগী বাইদগী, মৈথাং
৫ লোবা।
নাহৈবা— নাপু, নাসেন, নাপি,
শিংবী।
থাঙ— লাইথাঙ চিনাইব,
খুম্ভোং থাঙ
ঙা— শরেং ঙাঙ্না লাংব ঙারেন
হৈ— হৈবুং, হৈতুপ
শীং— চীং য়েনশিন, নোংলৈশং
তোশীং।

## ঙানবা লোন ॥

পুরোই লেমসুশুনা থমচিংকোল হায়হৈবা পোকএ ॥ চিং-শোং নিংথৌ চমুনা ঙানবা পোকএ ॥ মঙাং নিংথৌ চমুনা তেমকাব, মঙাং নিংথৌ চমুনা লিনতোংহনবা, মঙাং চমুনা লিনরাইহনবা পোকএ, মঙাং নিংথৌ চমুনা কাংহৈব, মঙাং নিংথৌ চমুনা তেনলোংবা, মঙাং নিংথৌ চমুনা পুরোইলাং ॥ লুরাং নিংথৌ চমুনা হাওরা, কাচেং রাহেংব চমুনা ঙানবা, বাহেংমাংব ॥ মঙাং নিংথৌ চমুনা ঙানবা সিরাই কাংজা পোকএ ॥ ঙানব সিরাই কংজনা লোকলৌ থামেন লোকপম চমু ২ পামদুনা। অতোনবীনা তেকচা অহনবনে, থোংঙাই য়ুমথংবগা খোংচা য়াইবমগা, রাংবা অতোনবগা পোক্লে ॥ তেকচা অহনবনা, মৈহৌবম ওইখি ।। থোংঙাই য়ুমথংবনা থোংঙাম ওইখি ॥ থোংচা য়াইমবগী ঈদি, খিনবমনে, রাংব অতোনবগী ঈদি লাং-গোনজম, রাংজম, কবরম্বম ॥ অহনবীনা তোনা পোকএ ॥ তোনাগী ঈদি থাইথেমনে ॥ অসুম তৌনা ঙানবা সলাইগী য়ুমনাক অয়াম্বা লৈ ॥ চিংদা লৈবা কাংলুপ, মাগী শাগৈ সলাই লৈব থাঙবা কাঙবুদি হাও হায়রোইদবদি হান্নগী লৈবা মমিং হায়বা, ভাংখুল ওইরগা তাংখুল হায়বা খোংচাই ওইরগা খোং-চাই হায়গনী ॥ কবুই ওইরগা কবুই হায়গনী ॥ চিংদা হৈন্নবা কাংবুনা চিংদা লৈজবা, তমদা হৈন্নবা কাংবুনা তমদা লৈজবা মহৌশানি।. চিংদা লৈবদগী তমদা হোংলকপা কাংবু তমদা লৈবদগী চিংদা হোংখিবা কাংবু অসিগুম্বা য়াম্না লৈ ॥

অঙোম সলাই অসি সলাই ৭ অসিগী মমু-দগী অথোইবা ওইনা লৈ।। নাইয়োইদা নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা অঙোম্না শায়া কোংচঙগনি।। হায়্না ফম্বাল ফমগনি। অঙোম য়াও-ত্রবদি নিংথৌ ফম্বাল তোংবা য়াদে, অসিনচিংবা লাইরেনগী লাইরিক্তা লৈরি।। অসিগুম্বা অশুক চাঙন লাইথোক্ন লৈবা অঙোম সলাই অসিগী অপোকপগী পুরৈরোম্ব অসিবু চিংদা পোকই হায়।। অঙোমগী অহানবা সলাইগী পুকোক অহৌবা মৈহৌরোল্দ ময়েক-লানা ইরি।। খাকপ নিংথৌ চন্থনা চীংরাং-লাক্পী পুরৈরোম্বা পোকই-হায়না অঙোমগী অপোকপা, অসি ইরি।। অদুগা চীংদা পোক্লগা চীংদা পল্লি. চীংগী নিংথৌ ওইদুনা মথং-মথং পাল্লকই।। অঙোমনা চীংগী নিংথৌ ওইনা পাল্লকপা অদুগা নিংথৌজা শলাইনা তমগী নিংথৌ ওইদুনা চীংগা তমগা পুকচেন থোয়জেন তিন্না পাল্লম্বা অসি কংলৈরোল্দ য়াওরি।। অঙোম অসিনা চিংদা পাল্লম্বা মতম অসি খৃষ্টপূর্ব ৬৬৩ দা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইরিঙৈ মতম অসি ফাওবা চিংদা পানবা পুয়াদা থেংনৈ।। নাওথংখোং অসনা নোংমাইচিংদা লাক্না অঙোমদা য়াওং ইল্লুবা, মতু অঙোম নিঙোল পেতংঙা, লিকপু লৌথিবীগী, ব্রাহ্মী কংলৈরোল্দ চাউনা লৈ।। অসগুম্ব অঙোম সলাই, চিংদগী লাকপা অসি চীংদা পাল্লিরৈদস্তু অঙোম্ব, হাওনি হায়বসি লাইরিকশিংদস্তু লৈতে।। মী পুন্নমকস্তু হায়দে, অদুগা হৌজিক অঙোমনি হায়রবদি চাউথোকনিংঙাই লেমজনিংঙাই ওইনা লৈ।। অদুগা নোংথরংগী নিংথৌজা লোল্দ হায়বা অথোম

কোইরেং ময়ুম, লোইতাম, শোংবুময়ুম, ইরেং, ময়েম ময়ুম, নাওসেকপম, কপুই ময়ুম, অসুম তৌনায়ুমনাক্তস্ত চীংদগী লাক-পগী রারম য়াম্না হায়রী।। শাগৈ পুম্নমক্তি নংতে।। চিংদগী লাকপা কাংলুপ অসি অথোইবা ওইনা নিংথৌজা সলাইদা ভিনখিবনা নমই।। অছুগা সলাই ৭ কী অপোকপগী পোৎচং হৈ লানা চিংবদস্ত চীংগী হৈ, লা, তমগী হৈ, লং. শীং অপুনবা ওইনা য়াওরি।।

## চেংলৈ, ইনবা চীংমী

১। চেংলৈরোন্দ হায়রিবা ছুইস্ত লৈমনা মুংঙৌ য়ুমথংবা পোকই।। লৈশাংথেম ওই।। লমলেক শাংনা কপুই ওই, অতোনবা থেঙ্গাইবনা হাউরোক কোম্থৌজম ওই।। শরাং লৈশাং-থেমগী হাউরোক কোনথোজমগা পুনশিল্লগা চেংলৈ সলাই ওইগ্রে হায়বা অসিনা কপুই অসি চেংলৈ সলাইনি হায়বা খঙলে।।

## লুরাং ইনবা চীংমী

২। লুরাংলোন্দ লুরাং পুম্নিবগী মতু চিংমুং হাউবা চমুনা মচা লুমচেংহনবনে, লোকহম্নে, লোকখুান ৩ পোকই।। লুম-চেংহনবনা কৈদা খুঞ্জানময়ুম ওইখি।। লোকহম্না থঙ্গাল মখাল ওইখি। হায়রিবা আসনা মরম ওইদুনা অরাং ময়কৈদা লৈবা চীংগী মী থাঙ্গাল মখাল কম্বোং লোকখু মখোয় অসি লুরাং সলাইনি হায়বা লেপ্ন খঙলে।।

## (৩) মোইরাং ইনবা চীংমী

মোইরাংলোন্দ লৈম তান্নুগী মচা উরেনহনবগী ঈনা মোইরাং খোকচোম ওইখি ॥ মনাও লাংবগী ঈনা লাংতে ওইখি ॥ অসিনা মরম ওইদুনা লাংতে অসি মোইরাং সলাইনি হায়বা খঙলে ॥

## (৪) অঙোম ইনবা চীংমী

অঙোমলোনগী মনুংচনবা, লেরা খোংনালোন্দ, খোংনাংনা ঙান্নু পায়দুনা ॥ লম্বুই, কশোম, তোলোই, লৈশন অসি পোকই ॥ অমুক ঙান্নু অমা, ঙান্নু হায়বা অসি ঙানবগী নিংঙোলনি ॥ অনি থোকই, অসিনা চিংমীনি ॥ খোংনাং ঙান্নু অমনা সেনহোংব পোকই ॥ সেনহোংবা অসি হাউরাময়ুম ওই ॥ অসি মান্দোমগী ঈনি ॥ মথা তাবা য়ুমনাক খোমনাম, মোনসাম, খোইবম শম্বানগ্রম অসি অঙোম ইনবনি ॥ অদুনা, লম্বুই, কশোম, তোলোই, লৈশন, মশেম, কোনথু অসিগী থুঙ্গং ৬ মক অসিগী মীওইশিং অসি অঙোম সলাই ইনবা চীংমীনি ॥ মাদোমগী ঈনি হায়বা লেপ্পা খঙলে ॥ লম্বুই, শোংবু, তাংখুল মচিবা অসিসু অঙোম ইনবগী রারম লৈ ॥

## (৫) খাব সলাই ইনবা চীংমী

লৈপিরেন্না তৌরিনখা, লৈথমলেন্না তৌরিনখু, লৈশংলেন্না তৌরিনখা, লৈথম নিংথৌ চম্নুনা তৌতি তৌ, লৈপাই নিংথৌ চম্নুনা তৌদাল, মহৌ নিংথৌ চম্নুনা তৌরাং ॥ লৈরেন নিংথৌ

চয়ুনা লৈশংলেন পোকই।। মখোয় অসি খাব সলাই ইনব চৌমিনি।। খাব সলাইগী কাংলুপ অসিদি মৈদিংঙু নাওখম্বনা, মপুখৌ পাখংবগী য়েরুবা বারী তাবদগী ইবুধৌগী য়েরুবা ওইবা খাব কাংলুপ অসি খমলরোই হায়দুনা খাব সলাইগী পুকনুংদা লৈবা অঙাংফাওবা খাক্তনা মৈরা চমহুনা হাংলরুবদা, কাংবু অসিদি নোংপোক লমদা, নোংমাইচৌং য়াংমা লায়া চেনখিহুনা তাংখুল মচিব ওইরে।। মরম অসিনা তাংখুল অসি খাব সলাইনি হায়বা খঙলে।। তাংখুল কাংলুপ অমদি অঙোমদা চংবা ঈনি।। অঙোম ইনবনি।।

## নিংথৌজা ইনবা চৌংমী

পূনতিনদা, নিংথৌ কাংবগী মচা, খাবীনা খাকী—মখারোমগী খাকী চাইরেন পোকই।। খাকী হায়বা খোংজাইগী জাৎ মখল অসি অরিবা লোম্দ খাকী ( মখাগী ) চিংমী হায়না খঙনৈ।। খাগী লৈবাক হায়বদি চীনগী লৈবাকপু খঙনৈ, চিনাবুসু খাগী কৌই।। অহুগা চাইরেন হায়বা অসি চফুশাবা চকপ কাংলুপ অমনি।। চকপা তেংখারোম্দা ফুনান নিংথৌ তেলহৈবা, চাইরেন নিংথৌ য়েনখুরাংবা হায়না তেংখানৈ।। অহুগা নিংথৌ কাংবগী ঈ অসি নিংথৌজা অরিবা হায়না কাহজম অসিবু নিংথৌজা অরিবা কৌই।। মরম অসিনা খোংজাই অসি নিংথৌজা অরিবা কৌই।। মরম অহুনা খোংজাই অসি নিংথৌজা অরিবা ওইরে, হায়বা খঙলে।। অহুগা নোংদা লাইরেন পাখংবগী স্না ঈদি চোথেনি

হায়না য়াইবিরোক্নী শৈরেংদা হায়রি ॥ খুমন লোন্দা হায় :—
খুমন নিংথৌ সেনবমী মনাও ১গা চীংদা কাহ্নুনা মরিং ওইখি
হায়না লৈ মরম অসিনা মরিং মথল অমা খুমন সলাইনি
হায়বসি খঙলে ॥

অসুম তৌনা খাইদোকখিবা চিংদম্ব সলাই ৭ লৈ ॥ অহুগা
পুদিম্না হায়বা খুমন, লুৱাং হৈরেম, খুঙ্গান কম্বোং, লোকথু,
ককলা হেমজেংলম্বী, সনশেন, মখাল থাঙ্গাল অসি ঈ অমত্তনি
হায় ॥ মরম অসিনা লুৱাংগা, খুমনগা ভিন্নবা মতমদা খাই-
দোকখিবা চীংমী খুলশিং অসিদি খুমন লুৱাং অনিগী অপুনবা
সলাই ওইনা লৈরী ॥ অহুগা মরিংগী মন্নুংদা মোইরাং ইনবা
সলাই খুমন ইনবা সলাই অনি থোক্না লৈ ॥ তাংখুলগী মন্নুংদা
অঙোম ইনবা, খাব ঙানবা ইনবা অনিথোক্না লৈ ॥ অহুগা
কোন হায়বা ৱাংব্রেনগী চাদা অসি খুমন ইনবা মথল অমনি ॥
কোইরেং অসিনা থাংচিংগী চাদা ওইহ্নুনা মোইরাং ইনবনি ॥
অসুম্না চীংমীগী সলাই খাইরি ॥ মথক্তা কাংহুজমগী মৈহৌ-
রোন পুকোক্তা নিংথৌ কাংখম্ব খাব ঙানবা পোকই ॥ ঙানবনা
পোকপা মচানা, থাঙ্গ কম্বোং, উরোক উসাই, ওইখি হায় ॥
মখোয়গী মখা তাবা ৱা লাইরিক্তা ফংদে ॥ মখোয় উরোক
উসাই অসি ঙানবা সলাইনি হায়বনি ॥

পুস্নিদা হায় মোরিয়াফমবালচা নিংথৌগী শাগৈদী, ঙানবা
খুমুজম, অহুগা শোংবু, চিংমী অসি ঈ অমত্তনি, হায়বা অসিনা

শোংবু অসিদী ভানবা সলাইনি হায়বা খঙলে ।। সলাই ৬ তগী খাবগা ভানবগা তনি থোক্লবদি চীংগী সলাই ৭ নি ।। পুদিন্দা হায়বা অঙোম ইনবা, নিংঙোম্বম, লাইতোনজম, সাকুবাস, অকোই-জম অসিগা খুংশাংখোংনাং, লম্বুই কশোম আরোং অসি ঈ অমত্তনে হায়রি । মরম অসিনা চীংগী সলাই শেংনা খঙবা কাঙবুসি তমগ ঈ অমত্তনে হায়বা খঙনৈ । চিংদা লৈনিংবা হৈন্নবা কাঙবুনা চিংদা লৈজবা তমদা হৈন্নব, কাঙবুনা তমদা লৈধা অসিনি ।। চিংগা তমগা পুকচেল খোইচেল তিন্নবা পাল্লি-ঙৈগী মতমদা মীরৈবাক্লা কনাস্থু লাকচাখিবগী বারী পুয়াদা লৈতে ।। মৈতৈনা ক্যাংখনপাৎ ভম্বগী মৈতৈ নিংথৌবু ক্যাম্বা, মুংখোং মুংয়াং ভম্বগী মুংয়াম্বা, অসিনচিংবা মৈতৈ নিংথৌগী মমিং থোক্লম্মী ।। খৃঃ ১৫৯৬ তা নিংথৌ ওইহুনা পানখিবা খাগেম্বগী মমিং খাগেম্বা কৌবদি মীশা চাবা মী খাগী লৈবাক্তগী লাকপা খাগীগী মীহিংচাবা অমা ভম্বগী খাগেম্বা কৌই হায়না কংলৈ-রোন্দা হায় ।। খোশারোন লাইরিক্তা নিংথৌ অসিগী মতমদা চীংগা তমগা পুকচেল তিন্নবা খুৎলাই তম্বী হায় ।। মৈতৈগী খোশারোন ৯ সু চীংদা তম্বীবদা মৈতৈগী খোশা কপুইদা তম্বী । কপুইগী খোশা কৌই ।। তাংখুলদা তম্বী তাংখুলগী খোশা কৌই ।। মরামদা তম্বীবা, মরামগী খোশা কৌই ।। অহুবু নবান মচা, মরাম অচৌবা, মরাম ফুংশেপ্পা ।। অহুম্মা মখল ৩ থোক্লা মরামদা তম্বী হায়বা বারী লৈরি ।।

খোশারোনগী লাইরিক্তা, খাগেম্বা নিংথৌ অসিনা চিংগা তমগা, পুকচেল তিন্নৱা খুৎলাই তমখিন্নৈ ।। অদুনা চিংগা তমগা মরী লৈন্না তম্মীনা চিংমীদা খোশারোন তম্বীবগী ৱারোল মথক্তা পনগ্রে । মতম অদুদা মৈতৈনা শা-লান্দা তানা মরু ওইনা শিজিন্নৈ ।। শগোল তোংলগা তাগা লোয়নবা লান্দা, মীরৈবাক্কী নোংমৈ পায়বা লাম্মী অয়াম্বা ওম্বগী ৱারী কংলৈরোম্দ লৈরী।।

হৌজিক ঐখোয়না খঙইবা মৈতৈ, পাঙল ময়াম লৈরিবা অসি ময়াংগী লান্দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা ফাগৌবনী হায়নখিবা অসিনি।। অসিদসু নত্তে, মৈতৈ ঐখোয়গী পুয়াদা নোংচুপ হারম হায়দুনা লৈবা অসি নোংচুপ লমগী অয়াম্বদি খাগেম্বগী হাক্তক্তা ফাহৌবা মীয়াম অদুনা অয়াম্বনি মসি নোংচুপ হারমগী মৈহৌরোম্দ লৈ ।।

খৃঃ ১৭০৯ তা পানবা নিংথৌ গরীবনিৱাজ হাক্তক্তা তখেনগা অৱাগা থাংচপ্পনা লান হৌৱকলবু মৈদিংঙু গরীবনিৱাজনা, মৈতৈ লাম্মী ২ থোক্লা লাম্হোং শিল্লমলগা চিংদা কাদুনা শামু তোংদুনা চিংমীশিংগা লোয়ননা লাম্মী খোমজিনবদগী তখেনসু অৱাসু লায়না ওমদুনা পোৎ-চৈ ময়াম লৌহৌবগী ৱারী, তখেল অৱা ওম্বা লাইরিক্তা য়াওই ।। অসুম তৌনা মীরৈবাক্কী মীখা পোম্দনা পানবা লৈবাক্কী খৃঃ ১৭৬০ গী মতাং অসিদগী মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা অসিদা চিংগা তমগা কয়া পুকচেল তিন্নদে ।। মহারাজ অসি অৱাগী লান্দা মায়থিদুনা তেখাও লৈবাক্তা লৈরুই ।। খৃঃ ১৭৭৬ তা মহারাজ লেঙথোকলক্লুনা বিষ্ণুপুরদা লৈরিঙৈদা

কাইনদগী থৈবোংনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউ নিরূপন তৌরে ॥ অগোই রাসনচিংবা কংলে ॥ মসিদগী হৌনা অমাং অশেংগী মরমদা য়াম্না শেমদোকপ, লাইগী ধাম ওৈতেদা তৌন্নদবা, অশেং অমাং অসি মৈতৈ লৈবাক্তা অরুম্বা পুব থাংবা ঙমদবা তাইবংপান্দ চংন্নদবা পুথোক্লক্লে ॥ খৃঃ ১৮০৬, চৌরজিৎনা নিংথৌ ওইবদগী ময়াং লৈবাক চংখ্রিঙৈদা, মারজিংনা নিংথৌ ওইবা মতম অদুরাইদা অমাং অশেংগী চীংগা তমগা য়েরুবা ওইনা মৈতৈনা হাও ঙাওরে, হাওসু মৈতৈ ঙাওরে হায়না লৈবনা তম্বাক পানবদা রারে ॥ অরাগী লান্দা ময়াংলৈবাকলোমদা লৈবনা মৈতৈ অয়াম্বা ওই ॥ লান কায়বগী লানচেনবদা থবক ওইবনা পানবনা ঙমদে ॥ মতাং অসি পূয়াদা চহি ৭ খুন্তাকপা কৌই ॥ মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক্কী অশোন অনা, নুপী অঙাং অপিকপা অসিনচিংবগী অরাবা অসি হায়মগী ঙরোইবা নাইদ্রবনি । অরানা ফাখিবনা কোঙ্গাই চিংদা চেনবনা কোঙ্গাইনি, তেখাও, অসামদা চেনখিবনা কয়া, শিথিবনা কয়ামা অম্সুম তৌনা খুমখিবা মাঙখিবা অসি করিননো হায়বা মৈতৈশিংনা রাখল তৌদে ॥ গরীবনিৱাজগী মতমদা অরা অসি মৈতৈ লাকচরম্বা লামীনি ॥ সমজোক কোন্নুং চঙবা চহীগী পোইন্নু মতমদা অরাদগী ফৌ খোয়ম্বনাচংবগী রারী কং-লৈরোন্ হায় ॥ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌদুনা মচা মগুগী মতম অসিদা অরানা লাকচখিবগী করিননো হায়বত্নদি থম্নদে ॥ অদুনা মীরৈবাক্কী মীথা পোনবা হায়বতু ওদুমক ওইরে ॥ মহারাজ গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ, চন্দ্রকৃত্তিনচিংবগী অচৌবা নিংথৌরেলশিং

অসিনা পাল্লকপপু ইংলিসকী খুৎলং লৈবা মতেং লৌহুনা পানবগী য়ারম পুয়াদা লৈ । মরম অসিনা মীথা পোনবা নঙ্গ্রবদি মৈতৈ তম্বাক পানবা ঙম্লক্তে নোংমা নোংমগী অরাংদু অস্থম-অস্থম হেক্তিল্লক্লি ।। মমাংদৈদা খৃঃ ১৪৭০ দা পানবা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বনা বিষ্ণুচক্র লিংখৎতুনা লাংপা, অদুগা ১৭০৯ দা গরীবনিরাজনা শ্রীরামচন্দ্র লাংপা অসি মীনম্বা থবক থোইদোক্না তৌখিদে, লাইলাংপগী হৌনবা পথাপ অদুদা অদুম তৌই ।।

খৃঃ ১৭৬৫ অসিদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ লাংপা অসি, তৌবদি ধর্ম্মগী মতুং ইনবনিদি হায়ববু গোবিন্দ সম্প্রদায়দা মীনম্বা, লৌনম্বা মশাগী কান্নবা য়েংবা কাঙবু য়াম্না লাকখি ।। মৈতৈ হায়বা জাতি অসিদা লাইনিংবদা থরাই য়াওজরম্বা লাইনী-নিবু হায়রবদি থরাই কংপা, সত্যদগী হৌনা লাইগী থবক্তা ওইদবা তৌরক্তবা কাঙবুনি ।। মরম অদুনা লাইগীনিবু হায়র-বদি হেক্তা থাজে । মদুদা য়াগনি হায়দুনা প্রজাবু শুমহুবা চাবগী নিতি অসি, লাইগী থাম অতৈদা তৌদে হায়রদবসু লাইগী থামদি শ্রীধামনি মাম্নবা য়াদে হায়বা যাংব-শেংবা অসিন-নত্তনা, অশি-অনা লাইগী থবক্তা ওইদবা শরেংনা মৈতৈদা হৌজিকমক শাগোম্নরী ।। অদুমকপু মৈতৈ মচা লাইরিক তম্বা কাঙবুনা হৌজিক ইপালাই-ইপুলাই, লাইয়ান তিনলোন খিদাং-নরক্লি ।। ইপা–ইপু খঙদ্রবদি লাইনিংবদু অরেম্বনি হায়না পুন্নাবা হায়রিবদু হৌজিকী নহাবোলশিংনা থরমখৈদি ভাব তারক্লমে হারনা মুংঙাইজে ।। হায়রিবা য়ারম অসি ঐনা শ্রীগোবিন্দজিউবু

নিন্দা তৌবা নত্তে॥ মীয়ু মী ওইনা থক্সবা সম্প্রদায়-চুবুনি॥ হৌজিক নহারোল লাইরিক হৈবা কাওবুনা লোন থংবা মশেম্নি॥ য়েংবীয়ু॥ করম্বা হিন্দু শংগী লৈবাক্তা লাইগী থুবমদা মণিপুরগুম্বা থর্ম্মদা অশেং অমাং থায়বা, থৌরম পুম্নমক্কা য়াওবরা য়েংবিসি॥ মশাগী কাম্নবা য়েংবা কাওবুনা লৌনম তৌরম্বগী তাম্না চিকথিদ্রুনা ইশাদা পকলিবা লায়না অসি অহানবদা ঐখোয়না চনীং তানা থগৎদুনা লায়য়েংবা চুমই হায়-বন্নি ঐমী মতনি॥

## সগোল

শ্যেন অমস্থং অশ্ব হায়বসি বেদগী শগোনগী মমিংনি। য়াম্না য়াঙনা চেনবা অমস্থং য়াম্না তপ্পা ফজনা চৎপা শ্যেন হায়বা অসিগী অর্থনি। অশ্বগী অর্থনা লম্বেন্দা শীনবা খুংনা লৈবা অমস্থং য়াম্নস্থ চাবা খঙনৈ। মঙানবু বেদনা স্থর্প হায়না খঙনৈ।

মৈতৈ পুরানদা সনা মহিনা খুয়াগী উফুন্না সগোন শাই। সমদোন অয়াঙবা মমিং কৌই। অদুগা নুমিৎকী মশক্নম শীথম্মী। অদুগা সনামহি অসিবা, অত্যা হায়বসি অমতনি। অদুগা সনামহিগী মমিং সমদোন অয়াঙবা হায়দুনা কৌই। অদুনা সনামহিগী খুয়া উফুন্না সাবা মাগী সায়ো, সমদোন অয়াঙবা, নুমিৎকী মশক্নম্না, য়াম্না য়াঙবা অর্থ অসি শ্যেন অমস্থং অশ্ব হায়বনি।

মৈতৈগী সগোন অতৈ লৈবাক্কী সগোনদগী মগুন য়াম্না হেন্না অমস্থং মৈতৈগী সগোন অসি লাইগী পাঙ্গল চঙই। পীক্লবস্থ অতৈগা মান্নদে, মরিন হেন্না লৈ। নোংমা ফাওবা চাননবা করি অমতা ফঙদবদা উনা, রানা অমস্থং নাপি চাদুনা লেপ্লি। লম্বি লমশাং চৎপদা পোৎথাবা লৈতনা অমস্থং পোৎ অরাম্বা পুবা লায়না ঙমই। লান্দা শীজিন্নবা মতমদা অকিবা কয়া উদে অমস্থং খে লাংই। য়াঙনা চেনবা, উরক-রারক্কা

নিংঙাইদনা চৎপা, চীংমানদা, লৈথোক-লৈশিন, হন্দোক হনজিন তৌবা ঙম্বা অমস্মুং ইবোইবা মতাংদা ইরোইবা ঙময় ।

সগোন অসি পিকতক তৌরবস্মু লানফমদা শীজিন্নবা মতমদা মমিং চৎপা অমা ওই । মৈতৈ সগোন্না চীনা, তখেল, অরা অমস্মুং আসামদা লৈবা সগোন্দগী পোখাদনা অশাংবা লম্বী চৎপা, অফংবা নাপি অমা হেক্তা চাহুনা লেনবা, চিলহাও য়েঙদবা অমস্মুং পোৎ অরাম্বা পুবা ঙম্বা হেল্লি । তম্বিবগা অঙকপা ফংনা য়াঙবা, লান্দা শিজিন্নবা শিংবা অমস্মুং মরিল খাবা লৈবাক অতৈগী সগোন্দগী মৈতৈ সগোন্না হেল্লি । মরম অসিনা মফম খুদিংমক্তা মৈতৈ সগোন অসিবু পামনৈ । মণিপুর হায়বা লম অসি সগোনগী নাওয়োক্তা য়াম্না অফাওবা মফম ওইরক্লি ।

অস্মন্না হায় সগোনদগী মখোং, য়েংথংবা খুমাঙনা লমাবা, ওইনা তুমাবা, য়েংথংবা খুদুংনা লমশেনবা, অমস্মুং ওইগী খুদুংনা তুশেনবা অসি মৈতৈনা চংনরকপগী মতুং ইন্না লাইনা পুই, মচীন্দা থয়াংবা, সগোন মনান৷ বাংব্রেন অমস্মুং মমীৎ অনিনা অতিয়া গুরুনা পুই । অতুগা ময়াংলেনদা পাখংবগী তাউরোই-নাইনা পুই অমস্মুং মমৈনা থাংজীংনা পুই । অহিংদা উবা ঙময় ।

সগোনগী মচু কয়া মরুম খাইদোকই । মখোইগী মচুদি,

১ । সগোন 'সনাবি' ;

ক) অঙৌবা মচুনা হেনবনা সনাবি পুমঙৌ কৌই । (খ) অমুবনা হেল্লগা মশা মকোক মমৈ ঙৌবস্মু সনাবি হায়নৈ ।

২। 'তৈকোন' ; মমিং অমগী মশা লোইনমক ওইবা সগোনবু তৈকোন হায়না খঙনৈ।

৩। 'খোঙদাঙ' ;

ক) কারু খোঙদাঙ— মশামুবা কারু মখোঙ মাগা তানবা অমদি অওইবা মচুনা তাঙবা অম্মু কারু খোঙদাঙনি।

খ) কোরিগী মচুদা মখোঙ তাঙলগ কোরি খোঙদাঙ হায়নৈ।

গ) মঙ্গেবী মচুদা তাঙ্না মঙ্গে খোঙদাঙনি হায়।

ঘ) থুঙ্গেং ফাওবা ওইবা অমদি মখোঙ থুকটা কাওবা ওইবা মচুবু খোঙদাঙ হায়নৈ।

৪। 'অরাংব' ;

ক) কোনাদা লাংবা থঙ্গাং অরাংবা হায়না খঙনৈ।

খ, কারু মচুদা লাংবা কারু অরাংবা খঙনৈ।

গ) কোরি মচুদা লাংবনা কোরি অরাংবা হায়না খঙনৈ।

ঘ) মঙ্গে মচুদা লাংলগা মঙ্গে অরাংবা খঙনৈ।

৫) 'কারু' অমুবা মচুগী সগোনবু কারু হায়না খঙনৈ।

৬) 'কাব্রং'

ক) কাব্রং মচু মান্না ওইরমা অরংবা মচুগা কাব্রং অহিংবা কৌই।

খ) কাব্রং মচুদা মুরৈনবা কাব্রং কৌই।

৭। 'কোনা'।

ক) ওইরপা ওইব কোনা অরাওবা

খ) য়ুরপ্ত ভৌরা কৌনা অরিবা

৮। 'মোরা'।

ক) পুমঙো ঙৌবা মশা

খ) সগোনগী মশানা লৈহাওমচু, অদুগা মমৈ-মশোং ঙৌবা অদুবু মোরা কৌই।

৯। 'মঙ্গে' নত্রগা 'মঙ্গেবী'।

ক) মঙ্গে মরূ অমম্বং অঙাংবদগী লৈশিনবা, মুরৈনবা

খ) মঙ্গে মচু খর ঙাঙলৈনবা মচু।

গ) মঙ্গে মপান খর ঙৌরুনবা মচু।

১০। 'নাত্রং'।

ক) মশা কোরি মমৈ মশেং নাত্রং।

খ) মশাপুম্বা ঙাঙলৈনবা মচু।

১১। 'তুম্‌নৌ'।

ঙৌরুনবদা ঙাঙলৈনবা য়ান্নবা মচুগী সগোন।

১২। 'তিন্নসিং' য়োংমানবী মচু।

১৩। 'খোঙদৈ'

অমুবগা অঙৌবগা য়ান্নব অদুগা অমুবা মচুনা হেনবা।

১৪। 'কোরি'

ক) কোরি লৈমু।

খ) ঙাংলৈনবা মচুগী সগোন।

১৫। 'কোনা'।

ক) অরিবা অমসুং মুরপ তৌবা মচুগী সগোন।

খ) অরাওবা ঙৌরপ তৌবা সগোনগী মচু।

## শগোনগী লৈসি ॥

সগোনগী লৈসি নত্রগা ছিত্র অসি মচু, চক্র, তাঙবনচিংবা আক-ফত্তবা ফল পীনৈ। মাগী মচু অমসুং লৈসিনচিংবা য়েংলগা খঙবা ঙম্মী।

১। সগোনগী লাইবক ময়ায়দা লৈবা চক্র অহু লৈসি কৌনৈ। মমিং মপাদগী কাখৎনা লৈরগা ফবা হেল্লি। মমীৎকী মথাদা লৈবসু কৈ; মমীৎ মপি তাফমদা চপ চানা লৈরবদি ফত্তে অমসুং পিতাকমদগী কুমথনা লৈবা কৈ।

২। খুমাঙগী য়েৎ-ওই নাকন, মশাগা তাইনবদা চক্রগী খুদম লৈবদি সনথিনকমদা চক্র লৈবনি, করিগুম্বা মখোঙদা লৈরনা কৈ অমসুং মশাদা লৈবনা খুৎশু-খুৎলাইনা শোকল্লি।

৩। লৈসি অসি খুমাঙগী মনুংদা লৈবদি কয়া ফৎকন্দে। মসিবু মখোঙ কিশ্মি লৈবা কৌই। ত্যাকী-ত্যপুন নংই।

৪। খুহুংদা কিশি লৈবদি ফত্তবা লৈগন্দে।

৫। চক্র চরমদা লৈবা কৈ অমসুং অনি লৈবনা সগোনহু শানা-কৈনা শোকল্লি। চুম্না হায়রবদি শারাফমনি।

৬। মঙক সরূম মনাক নক্না চক্র লৈবনা মপু অথৌবা মী অহু চোঙ-ফিরাল থানা মী ওইগল্লি।

৭। চুবাদা চক্র লৈবনা, মপু অহু মীগী মথুত্তা চোপ্পা নঙই।

৮। পুংদোংকম চক্র লৈবা, মনা অনিগী মরক্তা নাখোঙ চক্র লাইকোয় লৈবহু চপ মান্নবা, থোং চানা লৈবদি ফগল্লি। করিগুম্বা থোং মান্নব্রবদি সগোন অহুগী মপুক শেংদে অমম্বুং মরৌ লৈ।

৯। মরাইবক্তা থর তাঙবা অমস্তুং খুহ্নং নাম্মা তাঙবা দোষ কয়া লৈতে অমম্বুং খুহ্নং নামত্তা তাঙবদি কয়া পাঙদে।

১০। কারণ তাঙবা হায়বদি খুবাঙ নাম্মগা অমম্বুং খুহ্নং নাম্মগা তাংবদি অরাবা থেংনৈ।

১১। মখোঙ মরী চপ মান্নবা ঙৌনা তাঙবদি অকবা খুদমনি। খুম্মাং নাম্মা ফত্তে। মপু অরাবা নংই।

১২। কোরি মচুগী সগোনসি মরৌ লৈ অমস্তুং মরিল চুম্না চৎতে। কোরিগী মখোঙ নাম্মা তাঙবা অমস্তুং খুম্মাং কিশি লৈবা মপুদি অরাবা ফঙই।

১৩। সনাবিদা হৈগোয় চঙবা হায়বদি অঙৌবা সগোল্দা অমুবা কাপ্পদি মরৌ লৈবনি।

১৪। মরাইবক ঙৌনা তাঙবা, মনাতোন মম্পুং য়োৌনা চঙনা লাঙবদি ফৈ। মনাতোন মত্তেন য়োৌনা তাঙবদি ফত্তে।

## সগোন কাঙজৈ

সগোন কাঙজৈ শান্নবা অসি থাইনগী মৈতৈশিংনা বিজ্ঞানগী ওইবা খুৎশান্নবা অমা ওইনা পুথোকলম্মী।

## কাণ্ডহু

উ ফুট অমদগী খর তানা শাংবা, ময়ামনা কেল্লা মথুল হুংপা অমসুং ফুট মরী-মণ্ডা শাংবা দী অমা থিনথিন্দুনা শাম্নি। মখোই অমি অসি পুনবদগী পো কাণ্ডবা অমসুং লেণ্ডবা হৌবনি। লাইরেম্মগা লাইনিংথৌ অনি পুনবনি।

## কাণ্ডক্রুম

লাইরেম্মা অমসুং লাইনিংথৌ তিন্নবদা মুমিং পোকই হায়বদি অণ্ডাবমা মুমিং থোরকই। মসিগী খুদম ওইনা প্রমান-পাম্থ ওইবা কাণ্ডক্রুম অসি পোকপনি। কাংক্রুম অসি মুমিংকী মণ্ডান বীজ অসি তাইবঙ শেম্নবা চণ্ডই। লাইরেম্মা অমসুং লাইনিংথৌ অনিনা য়ৈহুনা শান্নরগা পানজন চম্নে। তাইবঙ অসি শেমলকই অমসুং শন্দোকলকই। মৈতৈনা কাণ্ডহু অমসুং কাণ্ডক্রুমনা সগোন কাণ্ডজৈ শান্নদুনা লাইরেম্মা অমসুং লাইনিংথৌ য়ৈহুনা শান্নরগা পানজন চম্নরগা তাইবং অসি শেমদুনা শন্দোকপগী থবক অসি তৌরকই।

## সগোন

মুমিংকী মশক ওইরবা কাণ্ডক্রুম অমসুং মণ্ডানগী মশক ওইরবা সগোন্না তান্নহনা শান্নবগী মওংদা মৈতৈনা সগোন কাণ্ডজৈ শান্নে। সগোন কাংজৈ শান্নব অসি পান্না পানা ওইন লৈতৈন শান্নরক্লি।

## খোঙ কাঙজৈ

মৈতৈ খোঙ কাঙজৈ অসি নিপা খোক্লা শান্নবা মশান্না অমনি। মসি সত্য যুক্তা নিংথৌ কাংবা, মণিপুরগী নিংথৌনা চৈ মরু কাঙবা অমনা মতুম তাবা পোৎ অমবু কাংজ্রুম য়ৈদুনা শান্নবদগী খোং কাঙজৈ অসি চৎনরক্লুনা ওইখি। মফম অসিদা চৈ মরু কাঙবা হায়বদি কোনবা হায়বনি। মসি মশান্না অসিদগী নিংথৌ কাংবা হায়না খঙনখি। মশান্না অসিগী মওংসি হকশেল কাঙলোন্দা য়াম্না মরিক চুম্বা অমা ওইনা পুথোকই। মুপা ঙাক্লুনা শান্নবা মওংনি।

## কাঙজৈ

মতোন কাঙবা অমস্থুং মরু পানবা কাঙজৈ ওইরগা শান্ন-বনি। মসি লিঙ্গগী মওং ওইন লৌনবনি।

## কাঙজ্রুম

পাঙ্গলগী মশক ওইবা বাঁজ অহুনা কাঙজ্রুম ওইনা উৎতুনা ইন্দ্রি খুদুম চনবা কাংবুগা ইন্দ্রি খুদুম চনবা কাঙবুগা শান্নে। পাঙ-গলগী শান্নবনি। কাঙজ্রুম পুদুনা চেল্লকপা, ফংদবা কাঙবুনা মপা মপাছু ফাদুনা থম্মি। মপা অদুনা ফাবা অমস্থুং ফাদবা য়াই। কাঙজ্রুম পুরিবা মীগী মমাঙদা ফৈনা চেনবা অমদি থৎপা চৎনদে। করিগুম্বা কাঙজ্রুম ওইনা কাঙজৈনা ফুবা য়াই। মসি খোঙ কাঙজৈগী কাং-মালো য়াই। ওইরোমদা য়ৈবদা অতোপনা ওইরোম য়ৈরিবা মীগী মখোঙ য়ৈথোকপা য়াই। মরম য়ৈথেকলিবা মীগী য়ৈফম থোকপা

মাইকৈনি। কাঙক্রুম পায়রিবা শান্নবা মীচ্ছ পানজন চনবদা মাগী খুদেং চাবা পীবসি কাঙলোম্না য়াবনি। কাঙক্রুম পায়বা মীনা কাঙজৈ লৈদুনা কাঙক্রুম থোম্বা, মাদুদা অতোপ্পা মীচংবু কাঙক্রুম থোম্বা ওইনা ফুদেকপা য়াই।

অককমনা পানজন মশিং শান্নগদবা মশীং লৈত্রে। মায়কৈ অনিনা য়ান্নবা মতুং ইন্না শান্নে। কাঙবু অমগী মশীং অম্নক ওইগনি হায়বা লৈরমদে। মতুংদা কাঙবু অমমগী ওইনা তরেৎ নত্রগা মাপলনা মীচঙ ওই। য়েক অমস্নুং সলাই মাপনদগী লৌবনি।

## মুক্না

লৈথক-লৈখারোম পুদিন পুরানগী মতুং ইন্না গুরুনা লৈবাক শেম্বা লোইবা মতুংদা পাখংবনা লৈবাক ঙাক্লুবগী গুরুগী য়াথং ফঙলবা মতুংদা সনামহিনা সগোনগী মশক ওইনা সাম্বোন্দুনা পাখংববু লৈবাক ঙাকপা ঙমদনবা হোৎনরম্মী। লাং থাক্লুনা পাখংবনা লাংদা থুরবা হাও মুক্না লেংফাই চনদুনা অমস্নুং মোংবা তাচিন থুরৌ য়েৎনা মুক্নদুনা বিদ্যা অসি হৌখি। মুক্না হায়বসি মীপুম তিংনা মৈতৈশিংনা মমাঙতৈগী বিদ্যা মথল অসি হৈন্নে। লাই হরাওবা মতমদা খুল-খুলগী ওইনা অঙাং ওইবদগী পাখং ওইবা মতম ফাওবা লাইহরাওবগী কুম্মৈ মথেল অমনি। মসি চহি চহিগী ওইবা মৈতৈগী শান্নবা অমা ওইরম্মী। অদুগা খুল-খুল মস্নুংদগী খ্বাইদগী হেন্না, যাত্রা মিংথোল অসি চহি চহিগী থনবা ওইরম্মী।

মুক্না হৌবদা, মুপা অনিনা খ্বাংদা কি খজিক্তং শেৎনরগা, মথুং অনি অনিনা খ্বাংগী কি পায়নরগা শাম্নবনি। অদুগা খোঙ অমসুং খুৎকী লৌশিংনা হকচাং পাঙ্গল য়েঙনদুনা, লম্বা অদুনা মহাক্কী পান্নবা মুপা অদুবু তুহন্নবা হোৎনবা বিদ্যানি। খোঙগী খুৎকী লৌশিংনা, মুক্নরগা নমহৎতুনা তুন্নবা, থান্নবা লাক্নবা অসিনি। মবানি শান্নরিবা মুপা অনি অদুমক অঙম্বা মুপা অদুনা মথক থংনা নমদুনা তুরিবা মীদুনা মুক্না লৌরে অমদি থারে কৌনৈ অমসুং মথা থংনা তুরিবদুনা মুক্না তুরে কৌই। পাঙ্গল অমদি লৌশিংগী পাম্বৈনা ৱাং চাউরবা অমসুং মপাঙ্গল কল্লবা মুক্না হৈবা হেনবা, মপাঙ্গল মঙোন্দগী হেনবা অমনা মুক্না থাবা ঙমই। মৈতৈনা মখোইতগী ওইব বিদ্যানি হায়না খন্নে।

মুক্না যাত্রা অমনা মপাঙ্গল কনবা মুপা অমনা করিমত্ত তৌবা ঙমদে। লাইনা মুক্না যাত্রা অদুনা মুক্না থাবা ঙম্মী। খুদম ওইনা হায়বদা লৈসং যাত্রা অমসুং থবি যাত্রানা নহা ওইজরবসু ৱাংজী খুমন যাত্রা মুক্নাদা কন্নি লাকচবা য়াখিদে। মুক্না হায়বা বিদ্যা অসি নোংচুপকী লমশিংদা তাংনা থোকই। অদুগা মসি খর খর মান্নবা বিদ্যাদি নোংপোকলোমগী লমশিংদা মরু ওইবা লমদি জাপান্নচিংবা লমনি। রাজকুমার সনাহলগী মোৎ মতুংইন্না "পৃথিবীগী অতোপ্পা মফম অতৈদা' কনাগুম্বা জাতি অমত্তনা হৈরমলোই হায়বা য়াই।" মরু ওইনা মৈতৈগী মুক্না অসি মান্নবা খর লৈজরবসু মরু ওইনদি লমলমগী ওইবা

বিদ্যা অমনি। মৈতৈ মুক্তা হায়রুনা পৃথিবী মমিং চৎলিবা অসি মৈতৈতগী রানি।

## মুক্তাগী ফিজেৎ

ফিমৄং হকচাং শোক্তনবা নিঙ্গি শেৎলগা কপক্রেং ফিজেৎ অমম্নং মাঙলোমদা কিশি থম্লগা তুংদা নাম্মে য়েপ্তুনা শেৎনৈ। খোঙউপ তোংদে। যাত্রাগুম্বা অহল ওইব খরা ওইবনা শান্নবদা ফি শিন্নগনি। অঙম-অথৌশিংনা মুক্রা নিংথম ফিজেৎ শীজিন্নৈ।

লম্বী অনি অদু ফি পায়নবা মতমদা পাকথনগনি। পাকথবা ফীবমদি ইঞ্চি ২৭, ২৮ লোম ফাক্লা খোঙ অনি ফাক্লা পায়ন-গনি। চপ মান্ননা, খুকউ কোল্লগা, হকচাং মাঙলোম লৈমায় মান্ননা তুথদুনা, য়াঙ চপ তিংনা লৈবাক্কগী খুদুপ অমরোম লাপ্না পাকথরগা খুৎ য়েৎ য়েৎপু ওই ওইনা পায়দুনা চিংশিন্নদুনা মাগী মাগী পীরাই ফি ওায়নগনি। নিৎফম অমতা শোইবা য়াদে। খুৎ য়েৎনা ফি পায়নরগা, ওইনা অমুক মাগী য়েৎকী পীরাই মনাক্তা ফি হেক হেক পায়নগনি। মতাং অসি ফি শিন্নবা হায়না খঙনৈ। মসি লোইরবা মতুংদা মুক্রাগী যাত্রা অদু হন্দোকই। খুৎ য়েৎ পায়নবদি ওই ওই পায়নহনদবা লৈরবদি লৌ হৌদুনা মুক্রা থানবা য়াই। অদুবু নিংথৌ অমম্নং অঙম্ব-শিংগী মমাঙদদি মুক্রা যাত্রা ওইবনা মফি নিংথিনা শিন্নদুনা, ওই-য়েৎ পায়নরগা শান্নৈ।

অথৌকম অমস্তুং হকচাংগী মফম চাদবা পায়নবা য়ান্নদে। মহাক্না পায়রক্লদি মহাক্কী লাম্বা অডুস্ন পাইবা য়াগনি। য়ানিংদ্র-বদি খুৎ অনি ফি থাদোক্কনি। অডুগা অমুক নৌহৌনা ফি শেম্নরগা পায়ননি।

মুক্না শান্নবা মতমদা, খোঙনম্না লাম্বাডুগী খুকউ মথক্কী ফৈবাক মস্নুংদা কাওবা য়ান্নে। অডুবু পঙনা চৎনদে। খুৎনা ফুবা, থিনবা, লৌ তৌন্নবা অমস্তুং খুদাংনা ঙকথী চপ্পবা য়াই। খোরি মেৎপদি য়ান্নদে।

ফৈগন মকুদগী মখা হম্নুনা খুৎনা পায়বা য়ান্নদে। ফৈগন মকুদগী মখা থংবা খোঙগী শকুক্না খুৎনা পায়বা য়াদে।

মুক্না শান্নরিভৈদা লৈবাক্তা খুৎনা শোকপা অমস্তুং খুকউ লৈবাক শোনদে। করিগুম্বা শোকউবা অমস্তুং শৌক্লরদি মুক্নাদা মায়থিরে হায়না খঙনগনি।

মুক্না শান্নরিবা মবক্তা লৌ তৌনরবদি চপ মান্ননা চেপনা অমদি তুম্মিন্নরনি মাডুদি ফৈডুনি। ফৈডু তুবনা অমুক অমুক হন্না শান্নবা তাই। অডুগা লৌ তৌরিবা, ওক্লিবা মী অডুনা মকোক মথৈতা লৈখত্তুনা মথক থংবা ননবনা মুক্না থাবা শকই।

মুক্নাগী ব্যবহার লৈ। থারিবা মীডুনা তুরিবা অডুবু কোম্নডুনা হৌগৎনৈ। অডুগা থারিবা মীডুগা মতোমতা হৌগৎনদে। করিগুম্বা লৌ তৌনবদা অমনা উপ্পা তাবা অমনা লোংনা তাবা থোক্লবদি, উপ্পা তাবা মুপানা মুক্না থাবা লৌগনি।

## লৌ কয়ামরুম

মুক্লাগী লৌ য়াম্না য়াম্মী। মথাগী থরদং মরু ওইবা লৌনি।

১। লোংথ্রৌ লৈবা, য়েৎ-ওইগী লোংথ্রৌনা লৈবা।

২। য়েৎকী লোংথ্রৌ থকইন।

৩। খুদোং পুথৎপা, ওইগী খুদোং অমত্থুং ওইগী খুদোং।

৪। খুচেপ হাইবী, য়েৎ অমত্থুং ওইগী খুচেপ হাইবী।

৫। খুদোং হাইপু, য়েৎকী খুদোং হাইপু।

৬। খুদোং অৱাংবা

৭। হৈবোং কাবী – য়েৎ-ওইগী হৈবোং কাবী।

৮। চেপচিং, য়েৎকী চেপচিং চিংবা।

৯। নিঙ্গোং লংবা, য়েৎ-ওই· লংবা।

১০। খুকউ থৈবী; য়েৎ–ওই খুকউ থৈবা

১১। কপলাক কোৎপী, য়েৎ-ওই।

মুক্লা মরুওইবা লৌনি।

## কপলাক কোৎপী লৌ

য়েৎনা কপলাক কোৎলগ, খোং য়েৎনশিংনবা মুপা অদুগী কপলাক মপান্দগী কোৎলগা চিংশিনবা হকচাং থান মহাকপু লোংন ইন্দুন তুহনবা য়াই। মসিদা লৌওক্কে তৌরবদি, হকচাং য়েৎলোম লৈহনা থা উপথরগ পাকথদুন মী অদুবু য়েৎলোমদ ওকলু।

ওইনা কপলাক কোত্তুনা মহাকপু তুম্নবা মাগী য়েৎকী কপলাক্তি মপানলোমদগী কোৎলগ ইশারোমদা চিংশিন্দুনা

হকচাংদগী থান মী অহুবু মাঙলোমদা লোংনা ইন্দুনা তুম্মিন্নগনি। মসি তুদনব ওক্লবা ওইরোম লৈহুনা পাকথরগ ওইগী খুৎনা, মহাকী য়েৎকী সগন ওইরোমদা চিংশিন্দুনা, থা লৈহুনা নম্বা।

## খুকউ থৈবী

খুকউ থৈবী লৌ অনিনি। মহুদি য়েৎন থৈব অমস্তুং ওইন থৈব।

য়েৎকী খুকউ থৈবীন মহাকপু মুক্লা থাম্নবা হায়রবদি খুকউ অনিসি স্থুপচিল্লগা য়েৎকী খুকউন মাগী ওইগী খুকউদ ঙাহুন থম্লগ, হকচাং য়েৎলোঙ অমস্তুং মুক্তুনা মী অহুবু য়েৎলোমদা মুক্লা থাগনি। লৌ অসি ওক্লবা, য়েৎকী খুৎন, মহাকী ওইগী মশাগন পায়হুনা খুকউ লানথোক্লবা তৌনি। ওইগী খুকউ থৈহুনা তুহনগে হায়রবদি খুকউ অনি স্তুপচিল্লগা, ওইগী খুকউনা মহাকী য়েৎ থঙব খুকউ ঙাহুনা ফারগ, হকচাং ওইরোমদ মুক্তুন অমস্তুং চিংহুনা মহাকপু তুম্নবা লাকনগনি।

## চেপচিং

চেপচিং, য়েৎকী চেপচিং অমস্তুং ওইগী চেপচিং। য়েৎকী চেপচিংন কনাগুম্বা অমবু তুহনগে হোংনরবদি, য়েৎকী খুৎন মহাকী ওইগী শগম লামহুনা পায়রগ, য়েৎকী খোঙতুংলোমদা খোঙকম অম হন্দোক্ল মহাকপু য়েৎলোদ চিংহুন তুহনগনি। লৌ অসি ওক্লে হায়রবদি ওইগী খোঙ চঙশিন্দুনা, ওইগী খুৎন মহাকী য়েৎকী শগন ওইরবস্থ নল্লগা পাম্বোম পায়হুনা চিংহুনা

খাঙও। ওইগী চেপচিংন য়েক্নববু তুম্নবা মাগী য়েৎকী শগন চগোৎ লামচ্চুনা পায়বা অদুগা ওইগী খোঙ, খোংফম অম তুং হন্দোক্নুনা হকচাং পাকথদুনা ওইরোমদ মহাকপু চিংদুন তুহন-গদবনি। অদুদগী মসিদা ওক্কে হায়রবদি য়েৎকী খুৎন মাগী ওইগী সগন নত্রগা পাম্বোম পায়দুন, য়েৎলোম চিংবা খাঙদুনা য়েৎকী খোঙ য়েৎলোম মাংলোম চঙশিনবা।

## নীঙ্গোং লংব

নীংগোং লংব হায়ব অসি লৌ অনিনি, য়েৎকী নীঙ্গোং অমস্তুং ওইগী নীঙ্গোং।

য়েৎকী নীঙ্গোংন হাকথেংনবা অতোপ্পা অমবু মুক্না থাগে হায়রবদি মফি পায়ব খুৎ অনিন লোংন পায়দুনা মখুৎ অনি হকচাং ওইরোমদা লৈদুনা চেপন য়েৎ থঙব খোঙ মখোঙ অনিগী মরক্তা চঙশিল্লগা নীঙ্গোন মথকলোমদা ইনখৎন ওইগী খুৎন মীদুবু মথকলোমদ ইনখৎন ওইথঙবা খুৎন ওইরোম হকচাংগা লোয়নন লংলবদি মহাক শোইদনা তুগনি।

ওক্নবা লৌ — য়েৎকী খুৎন মুপা অতোপ্পা অদুগী ওইথংবা চগোৎ শগন চিংশিল্লগ, য়েৎকী খুৎনা মহাক্কী ওইগী ক্কেরুদ চিংশিল্লগা মথান য়েৎকী মাঙলোমদ থুনা ইম্মৌ।

ওইগী নীঙ্গোংন মুক্না থাবা মত্তমদা য়েৎকী খুৎন ফি পায়বত্থ চিংশিনব মাথুগা লোইনন লেমহৌরিব ওইগী খোঙন মকরাঙদা লোনশিল্লগা নীংন মহাকপু মথকলোমদা মুকখৎপ

অদুগ হকচাং য়েৎলোম পাকথন লৈথদুনা লংডুন ভুহনব য়াই। ওকে ভোরবদি, ওইগী খুৎন মাগী য়েৎকী চগোৎ, শগন নমদুনা চিংলগ হকচাং লুকথরগ খুৎ ওইন মহাক্কী কৈক্ক য়েত্তুদ নমদুন কাজিল্লগ অমস্তং মথানা মহাকপু নমদুনা ইল্লবদি মহাকপু ভুহনগনি।

## হৈবোং কাবী

হৈবোং কাবী পুন্না লৌ অনি থোকই। মাহুদি য়েৎকী হৈবোং কাবী অমসুং ওইগী হৈবোং কাবী।

য়েৎকী হৈবোং কাবীদি য়েৎকী খোঙ থুপলপা খুদোল য়েৎলোমদ লৈব, ওইগী মখুকউ মথক্তা, খুদোন মপাল্লোমদ লৈব অমসুং কৈন খোঙনম্লদুনা নপ্লগ য়েৎলোমদ লোং মুক্তনা মুক্তা থাব য়াগনি। তুদনবা ওকে হায়বদি, খুকউ অনি অসি শুপ-চিন্দুনা মহাক্কা নপশিনবা মখোঙ অহু য়েৎকী খুকউদ, কৈবোমদ ভানবা হোৎনগনি। মসিদগী নানখোকনব লাকনগনি।

ওইগী হৈবোং কাবীনা ওইগী খোঙ থুপচিন্দুন, খুদোন ওইয়োম লৈদুন, মাগী য়েৎকী খুকউ মথক কৈবোম নপশিল্লগ, ওইয়োমদ লোংন মুক্তুন ভুম্নব হোৎনগনি। মসিদগী ওকে ভোরবদি খুকউ অনি শুপচিল্লগ ওইগী খুকউ মথক কৈবোমদ মখোঙ অহু ভাননব হোৎনৌ।

## ওই-য়েৎকী লোৎখো

য়েৎকী লোংম্রোন কনাগুম্ব মুপা অমবু মুক্তা থাপে হায়বদি য়েৎ খোঙম মাগী ওইগী খোঙন মকয়াঙদ লোম্পুনে য়েৎলগ মহাকপু

লোংন লৈহৃন থাগনি। ওক্কে হায়রবদি মখোঙ য়েৎন য়েৎলিব ওইগী খোঙ অদু তুংলোমদ অমস্তুং য়েংলোমদ কম্ম ইহোকউ। মাঙোন্দগী হকচাং কম নপ্প য়াদে। য়েংকী খোঙদ হকচাং অসি লেপ্লগ ওইরোম লৈরগ কৈবোমন মখোঙদু চপতুনা লাকসিল্লগ, ওইগী থুৎন মখ্বাঙ নম্লগা অমস্তুং য়েৎন ওইরোমদ মুক্তুন ইল্লবদি মহাকপু তুহনগনি!

ওইগী লোংপ্রৌন লাকশিনগে ভৌরবদি ওইগী খোঙন মহাকী য়েংকী খোঙ অদু মক্রাঙদ লৌশিন্দুন য়েংলগ ওইরোম লোংন লৈহৃন মহাক মুক্কা থাবা য়াগনি।

## লোংখ্রৌ থকইন

য়েংকী খোঙন মক্রাংদ লোল্লগা মখোঙ ওইগী মকপাক কোৎতুনা চিংশিনব, থা লুকথন চোংশিল্লগ মহাকপু ইন্দুন তুম্নব হোৎনগনি। মসিদগী ওকপ ভারবদি হকচাং অসি থা নম্বথম নৎত্রগা লোংথোকন য়েংলোমদ হকচাং লৈথরগা থা য়েংলোমদ চেপন পাকথরতুনা, থুৎ য়েৎন মসেগা ওই লামতুন য়েংলোমদ লৈথন ওকও।

## থুদোং পুথংতুনা লাম্ব তুন্নব

থুকউ অনি শুপতুন হকচাং স্বর হোম্দোকুন অমদি থিংন থুং অনিন মহাকী মশা মুকথংতুন, মাবু মথকলোমদ পুখৎপ, মহাক্ল মখোঙ নাম য়েং নৎত্রগা ওইগী খোঙনম্ম ঐশাগী কৈবোমদ

নপশিনপনি। মতু ইশাগী খুকউ অনি শুপচিন্ন মাগী নপলিব মখোঙ অনিগী মরক মক্রাঙদ লোন্দুন, ওই নংত্রগ য়েংলোমদ মহাক্কী মথক্কগী নিঙগোং লংতুন মুক্ক থান্নব হোৎনপনি।

মথক্ক খুঁদোং পুখৎকে হেক তৌরক্লদি পুখৎ'ক হায়ন চপ মান্নন তৌত্তুন পুখৎহনদব অসিনি।

খুদোং পুখৎপদ থা লুকথন নপশিনব, হকচাং লুমথন থাঙব, খুদোং নেৎকে তৌরক্লবদি নাম্ভোক্কুন লৈবাক তান্নগ খুদোং অমুক পুখৎপা।

## ওই-য়েৎ খুজেপ হাইব

য়েৎকী খুজেপ হাইব-য়েৎকী খোঙবী মরুন মহাক্কী ওইগী খুজেং য়েৎলোমদগী ওইরোমদ হাইন ফুব, অতুগ খুং অনিমক্ক মশাবু য়েৎলোমদ মুকপ খঙচিং-চিংলগ তুহনব য়াগনি।

মহাক্ক হাইরকইব অতুগ মান্নন চৎলবদি মহাকপু য়েৎলোমদ চিংতুন লৈব। মসিন তুদনব ওকে তৌরবদি মসিন লৌ ওইগনি।

ওইগী খুজেপ হাইবদি খোঙ ওইগী খোঙবী মরুন মহাক্কী য়েৎকী খুজেংদ ওইরোমদগী য়েৎলোমদ থক য়ৈবদি মশা অতু ওইরোমদা মুকতুন চিংতুন তুহনব য়াগনি।

মসি তুদনব ওইরোমদ চিংতুন লৈব।

খুদোং হাইতুন তুহন্নব হায়রবদি লাম্ব অতু খুদোংন-পুখৎলগ য়েৎলোমদ হকচাংগ লোয়নন উরু-উরু অনি-অহুমলক লৈত্তুন হন্দোক্কুম ওইরোমদ থাদম্নবদি মহাকপু মুক্রা থাগনি।

খুদোং অরাংবন লাম্বা অদুবু মুক্না থাগে তৌরবদি খুদোং পুখংপদ মহাক্না চনিংগ্নী, খাংগ্নী ফিদ মখোঙ অনিন খুদোঙ্গ লেংদুন খুকউ অনি অদুন থজিন শৌদুন লৈব, মহাক্নী অথীকম পায়দুন চিংথন মহাক্নী লৌ অদু ওকনি।

মসিদগী ওকে হায়রবদি, পুখংলিব মহাক্নী থদাঙল মকোক অদু খুং অনিন পায়দুন মুক্না ওকপ য়াগনি। হায়গ্নিব ফীবম অসি অরুবনি। পুখংলিব মীদুগী ফীবম সোইব ফীবম য়েঙলগ কাগ্নিব অদুন থাগনি। অদুগ কারিবন সোয়রবদি পুখংপ ফুপা অদুন মুক্না থাই।

## ক্যাম্বা

মৈদিঙু ক্যাম্বা চিন্তামনি সিংহ খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ ফাওবা চহি ৪১ নিংথৌ ওই ॥ খৃঃ ১৪৭০ শুবদা মৈদিঙু ক্যাম্বা কবো ক্যাং থমপাং লান তাবদা, পোং নিংথৌ চৌকা খিখোম্বগা লোয়মনা লান্দাশিন্নৈ॥ মৈতৈ সগোল তোংবা লাম্মী ১০০ থাজিন্দুনা ক্যাংথমপাং চাইখায়রে ; লান ঙমলে ॥ লান লোই-রবদা মৈতৈগা পোংগা লম য়েন্নৈ ॥ পোংগী মন্ত্রী চাপাক তেংতে কৌবগা, মৈতৈ মন্ত্রী মহৌ রাংবিলুম্বা কৌবগা অনিনা লম য়েন্নদুনা খুদম মশক থমনৈ ॥ পোংগী লমদি হৈনৌ খোঙনেম্বী পোকপা মথৈতনি লেপলে ॥ পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগীদি :— মোংখোং মুংঙাইদগী হৌদুনা নোংপোকলোমদা লোইজন্নী চীংশাং য়ৌদুনা হৈনৌ খোংনেম্বী য়োবা মখৈনে ॥ নোংচুপলোমদা কান্নুর

মান্নুগ্রাম পুম্বা অরাংলোমদা তেথাও অসাম, হেন্দুনা ক্লৌজিকী মিয়ামী আকর লান্দুনা চিনাগা তাইনবা কাওবা ওইরমই ।।

খৃঃ ১৪৭১ শুবদা পোংনিংথৌ চৌফা খিখোম্বনা বিষ্ণুবু সনাগী খগোম্বা লোয়নবা মৈদিঙু ক্যাম্বদা পীরকই ।। হায়ম্বিবা বিষ্ণু অসি নিংথৌ অসিগী মতমদা লাংখি, লোয়ননা বিষ্ণুপূজাগীদমক হরি সঙ্কীর্ত্তন শকপা হৌখি ।।

খৃঃ ১৪৮৯ সুবদা পণ্ডিতশিংনা চহি ৬ চঙনা থিরগা, লৈথক-লৈখারোন অমসুং চৈথারোন কুম্বাবা পুরান অনিসি ইথরমই ।।

খৃঃ ১৪৮৫ (শকব্দ ১৪০৭) শুবদা, মৈদিঙুসিনা প্রজা অঙম অথৌ পণ্ডিতনচিংবা কৌখৎতুনা লৈবাক প্রজাগী ফনবা মরম খরা খঙনি, মহুদা মৈদিঙু ক্যাম্বনা হায়খি :— ইঙ্গৌ লাইরেন নাউ-ফোংবা হাক্রক্তা খৃঃ ৪৩৯ শুবদগী চৈ পায়তুনা পাউ-লাইতুনা তাকপা চৈরাওবা হায়বা চহিগী অরোইবা মুমিং অসিদা, চৈ পায়তুনা লাউতুনা তাকপসি তোক্লগা মতুগী মতুংতা লৈবাক প্রজা তিন্দুনা, লৈবাকী কামনবা তুংগী পুক্রিং লৌশিং ওইনবা, পণ্ডিত-শিংনা চহি কুম অনৌবা লাকদৌরিবা অসিদা, ওইরগদবা, থোক্ল-গদবা অফবা, ফত্তবা, মরমতু প্রজাদা খঙহনবা, নিংথৌ ওইবা ঐনা চহি কুম অতুদা মতৌ করম্না লৈবাক প্রজা পালন তৌজ-গনি হায়বা মরমবু খঙজনবা, অতুগা লাকদৌরিবা চহি অতুগী, লৈবাক প্রজাগী গীবা-অনা ফক্তবপুম্বা পুজগে হায়না য়াবা, নিংথৌ ঐগীস্ত ইহৎ শিনবা অমমম হাপ্লগা মরোন্দু ল উতুনা খঙনসি হায়রবদা প্রজাপা নিংথৌগা য়ামতুনা লেপ্পরে ।।

খৃ: ১৪৮৫ শুবগী চৈরাউবা মুমিং অসিদা, মনা কোন্নংদা প্রজা অঙম অথৌ, পণ্ডিত পুম্বা তিল্লে ।। নিংথৌম্মু লেঙথোক্লে ।। মতমমুদা লৌরেনজাম্বা পণ্ডিতনা লৈবাকসিদা পানখিবা সুয্যবংশগী নিংথৌ শাগৈনা পানখিবা, মথংদা কলিগী যুগসিদা মথংলেম্বা শমথরকপা নোংদা লাইরেন পাখংবদগী হৌনা নিংথৌরোন মথং-মথংগী রারী লিরে ।। থোঙাইবা পণ্ডিতনা কুম অচুদা ওইর-পদবা, থৌদোকপুম্বা হায়্রদুনা নিংথৌ প্রজাদা তাহল্লে, খঙহল্লে ।। মরম অসিবু "রাজমন্ত্রী পাবা" হায়না খঙনরে ।। মরমপুম্বসি তাবা লোইরবা মতুংদা, কুম অচুগী অরা-অনা, ফত্ত-হৌদি পুম্বা মহাক্না পুজরগে হায়না য়াবা, মৈদিঙুগী মনাই অচানবা হীরাং-লোয় কৌবা নিপা অমনা, চোংথোক্নুনা, লৈবাক নিংথৌ মাজা লেপতুনা ; মথাগী রাহৈশিং অসি লাউরকই :—

## চৈথাবা মীনা লাউবা মরোন

১। ঐবু শীজবা ইবুঙো, লাইনিংথৌ তাইবঙ সরারেম নম্মু পোংহনবও ।।

২। নয় তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবা ।

৩। অঙৌবা নোংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংলোনবা ।।

৪। চীংঙু অনিমক্তী লোইদাম মকুমশাবু মৈন রাই তাংব শম ।।

৫। নয় নিংথৌরোন খুদিংদা কোংবা লৈথোং ফাংপা, শজীবু লৈখুন ফুনথা ।।

৬। থাংজিং মখোকলাং, খোকলাং মচি থাঙ পাখং হুয়োই লান পাম্বনা লাম্বাথোক্ কংলা মচিথোক্ হুয়োই নাম-লীংনা মাচাউ, ফমচৈ শিন-নাই-মানি লোংবনা খোংলাং ক্যামুচৈ সরীক খিঙ-খিঙ থাংনা লৈরক থৌঙাই চৈবু খোকলাং লাংদা থোংনা চৈথাবা কুম ॥

৭। লোইদাম কুম অনৌবনা চৈকারকপা অসিদা ফক্ত হৌদি কলক্ এক্না তীন্থুং-লাইথুং পুম্নমদি থরে লেমলৈ তার-সনো ॥

৮। রায়েন্ লানলেন্ খুনচাই লৈচাই মচিন মপাউ কলক একন লোনাই, কোকএল ঙাইরেন পুম্নমদি নঙাইরেম ঐনা তাঙজ হকথি লুদা থোংনা পুজরগে ॥

৯। ঐবু সীজবা ইবুঙো লাইনিংথৌ নিংথৌরেন অথোইবদি মুমিংকুম মশোং চাউ, থবাগুম মঙান নাই, কুমজা তেক-হৌনা তাঙজা নৌহৌনা, পুক্নি চরৈ কুই, রাঙম থোমদোন শাং, তাউথোং মমুং কুই, লেমথোং মকৈ পাক, পোইরৈ খুনজাও লৈচাউববু লেপ্পা তানফংঙেনে ॥

১০। মৈতৈ স্না লৈবাক্তা ইঙা থাগী নোং কোয়ৌ শগোনশেন পুর্ণিমা মুমিংতা নোংদা লাই যবিষ্টনা তাইবঙ মীগী মশক ওইনা পোকথিদুনা সূর্য্যবংশগী নিংথৌ থারাবু মথংলেংনা শিনথখিবা ফম্বাল লিংথৈনা পাখংবা থোনবা, ফম্বানা কলিগী কুমসিং ৩১৩৫ শুবদা তোংখিবা, পাখংবা কৌবা মিংথৈনা কুমশিং ৪৫ শুনা কৌরকপা মতমদা চৈথারোনগী কুমশোক-

অমা লায়জা হোৌখিবা, মনা হাক্তক অসিগী সূর্য্যবংশ নিংথৌ ৩৮ শুবা মৈদিঙু চীংলেন নোংত্রেন পাখংবা মনা ইতম-ভান্না লমহৌবা, শ্রীযুক্তম্বর মহারাজ ক্যাম্বা নিংথৌরেনগী কুমজা অসিগী অরা—অনা পুস্নমক ওসিদগী হোৌনা লৈবাকী অরাবা দশাপুস্না শ্রীযুৎকী মনাই হীরাংলোয় ঐমা শ্রীংগী মহুৎ শিন্দুনা পুরবনি মায়গৈ ও শুংদাই ৮ দা লৈবা লাই নখোয়না সাক্ষী ওইদুনা ভাহোৌরো, কোৌরৌ ওসিদগী চৈপাইদুনা পাউ চেনবা অদুস্ু তোকলবনি; ইমিং চৈথা-রোন কৌনা অন্নাখসি ঐনা পুরবনি।

চৈথাবা নিপাসি চহি খুদিংগী হোংগনি॥ মহাকসি, নিংথৌদুগা মপোক মশাৎ তিন্নবা, থন্নানমিচাক তিন্নবা, পল্পবা, অদুস্বা মীওইনা চৈথারোন (চৈথাবা) ওইদনগনি। চৈথাবা নিপাদুনা চহিগী মপুনি॥ মহাকসি চৈথারোন কুম্বাবা পুরান্দা মাগী মমিংনা চহিগী অহৌবদা ইহান হান্না ইগনি।। অম্মা কুম্বাবা পুরানসি অহানবদা নিংথৌগী মরল্লা মরুওইনা ইরম্বা মরমদগী নিংথৌরোন কুম্বাবা পুরান কৌরমই॥ খৃঃ ১৪৮৪ দগীদি পুরান অসি চৈথারোন কুম্বাবা হায়না কৌরে॥

## মুংয়াম্বা

মৈদিংঙু মুংয়াম্বা দেবরুদ্রসিংহ খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭ কাওবা চহি ৩৫ নিংথৌ ওই। খৃঃ ১৫৭৬ শুবদা চাংবোম্বী মহারানিনা মচা ইকুংঙো খাগেম্বা পোকই॥ মতুংদা (২) চিংলোনবা খাম্নয়াকপা (৩) শানোংবা রাইকুললাকপা পোকই॥ মৈদিঙুসি অহানবদা

থাঙরাই নিংথৌ কিয়াম্বা কৌরমই ।। অনান্ নিংথৌ মুংখোঙ মুংয়াম্ববু লাম্দা মায়থিবা পিবদগী মুংয়াংঙম্বা অদুদগী শমজিন্দুনা মুংয়াম্বা কৌখি ।।

খৃঃ ১৫৭৬ সুবদা খাগী ( চীনা ) লৈবাক্কী পিয়াঙ্গু কৌবা নিংথৌনা মাগী লৈবাক্কা লাকওম ফাওমত্রবা হিংচাবগী মচৎ-চৎপা ময়দানা কৌবা নিপা অমবু মণিপুর নিংথৌ মুংয়াম্বাদা হাংপিনবা থারকই ।। মৈদিঙুসিনা থাঙ খৌবোম্ব শানজুনহা তানা ময়দানবু হাংখি ।। খাগী নিংথৌনা ময়াদনা হাংখ্রে হায়বা পাউ তারবদা, সনা লুপা খুদোল পোৎনচিংবগা লোয়ননা খাগী লৈহাও হায়বা লৈ পাম্বী অসি পুদুনা লাকই মৈদিংঙুগা উম্নদুনা তৌবীমন খঙনা খাগীনা কাউদম্নবা, খাগী লৈহাও পাম্বী অসি থারমই ; সনা কোম্মুংগী হোগায়বী হায়বা সনথোঙ অসি খাগীনা শারমই, কংলামেন তোংকম মমাঙদা নোংশা অনি শাদুনা থমই ; মকমদু কংলা শা মমাঙ হায়না খঙনবি। চহিসিদা (১৫৭৬) মুংয়াম্বা নিংথৌগী মজা ইবুঙো পোকই, খাগী ঙম্বা চহিদা পোকই হায়বগী মজা ইবুঙোদুগী মমিং খাগেম্বা ( খাগী + ঙম্বা ) হায়না খোনখি। খাগী নিংথৌনা মণিপুরদ মতম খরা লৈদুনা মাগী–মীগী লোয়ননা মণিপুরদগী থাঙ-তাগী মহৈসি তমখি ।। খাগী প্রজা খরদি মণিপুরদা অদুম লৈহৌরে, মখোয়না কৌক্রক, সেনজম, চিবাংনচিংবা মকমদা খুস্তাদুনা লৈখি ।। পুরানগী ব্রাসিদগী খৃঃ ১৫৭৫ তসিগী মমাংদগী মতম অসিরাই ফাওবদা খাগীবুদি মণিপুরীনা থাঙ-তা হৈবা হেল্লি হায়বগী প্রমাণ ফংই ।।

## খাগেম্বা

লাইনিংথৌ খাগেম্বা খাগেন্দ্রসিংহ খৃঃ ১৫৯৭—১৬৫২ ফাওবা চহি ৫৫ নিংথৌ ওই। খাগেম্বসি অহানবদা সনা হিহোনহনবা পোইরৈ নিংথৌ হনবা হায়নম্ কৌরমই।। খাগী চৌফা হোংদৈ (মঙ্গোলা লাই মুম্বাক) হাংপদগী খাগেম্বা কৌইম্ হায়নৈ।। মপাবুং মুংয়াম্বা নিংথৌনা খাগী ময়দনা হাংপা কুমদা পোকই. হায়বগীম্ খাগেম্বা কৌই হায়নৈ।। মৈদিংঙু খাগেম্বানা (১) খোঙজোম্বা, (২) খুনজাওবা (৩) তোনাম্বা নোংপোক খোঙফেন থৌবা মচা অহুম-অহুম পোকই। লাইনিংথৌ খাগেম্বা হায়বসি মণিপুর লৈবাক প্রজাগী ফনবা, চাওখৎনবদা হোংনবা খ্বাইদগী হেন্নবা নিংথৌ অমনি।। মরুওইবা খরদং নিংশিংলি :—(১) মরুওইনা শা-লান্দা শিজিন্নবা থাঙ-তা, মুরু, কাঙজে, খৌসারোন, থঙ্গৌরোন তারোন, অরাম্বাই অসিনচিংবা কুপ্পা নৈনদুনা শীজিন্নবা, প্রজাদা তম্বিরম্বা, শগোল তোংবা লাম্মীনা থাঙ,-তা, অরাম্বাই শিজিন্নবা তম্বী।। ঈশিংগী লান্দা হৈশিংনবা মশামক্কা থরার্ য়াওনা হোৎনবা মরমদগী মৈদিংঙু অসিগী মমিং সনা হিহোনবা হায়না কৌরমই। হিয়াং তান্নবদা হিরোয়শিংবু লানগী ল্যাল্লোং ওইনা কুপ্পা য়েংশিনবা, কোন্নুংগী অকোয়বদা থাঙ্গামপাৎ তৌরম্পা হিয়াং তান্নদুনা প্রজাগী কুম্মৈ য়েংহল্লমই। (২) খৃঃ ১৬১৪ শুবদগী প্রজাগী লালোন ইতিক, শেল-থুমগী মরমদা চাত্তখৎনবা, মখুৎ-মশা হৈবা চাওখৎনবা, মুমিৎ খুদিং কাবা কৈথেল ১০ লিংখৎলমই।। মতুনা প্রজাশিংগী পোথোক ১ম্বুং থুং-শা হৈবগী

মরম থোৌগৎলমই ॥ (৩) খৃঃ ১৬১৬ গুবদা মৈদিঙু মশামক্না মৈতৈ মযেক্না লাইরিক তমহন', হায়রা মযেক ৩৪ লৈরবস্থ মযেক ১৪ অমগা হাপ্তুনা মযেক ৪৮ গুনা চৎনহনা, প্রজাবু লাইরিক তমহনবা হৌদোকপী ॥ খাগেম্বা হাক্তক্তা লাইরিক হৈবা পণ্ডিত য়ামা ফাওখি, মথোয়গী মরক্তা :— (১) অপোইমচা (২) খাইদেম তোম্বা (৩) সলাম সনাবা (৪) যুম্নাম তোম্বা (৫) ওক্রেম্বা সনামহি (৬) লাইরিক য়েংবম নোংসুমৈ (৭) লাইশ্রম তোম্ব মুনশিরান অথোইবনি ॥ হায়রিবা পণ্ডিতশিংসিগা তানহনা তুংদা থোক্লগদবা মরম খঙনবা হৌজিক ওইরিবা, মাঙদা থোক-খ্রবা মরম খঙবা পুরানশিং (১) নিংথৌরোন শীংকক্ (২) শীংথা (৩) শীংথেল (৪) হীচিক (৫) শীংশৎ (৬) নিংথৌরোন সকুবা (৭) নিংথৌরেন লম্বুবা (৮) খাগেম্বা য়ুমলেপ (চেকখোঙ) (৯) নোংজুমৈ পুরান (১০) বিজয় পঞ্চলি (মণিপুর ইতিহাস) অসিনচিংবা পুবাণ য়াম্না ইবমই । (২) সবকবগী এমস্তং প্রজাগী কান্নবগীদমক লোওনবা (জরিপ) হৌদোকপ । লম ওন্নবা সনা লমজৈ পুথোকই ॥ মমাংঙৈদা নিংথৌশিংনা সনা লমজৈসি, নিংথৌনা লেপ্লগা খুৎ-য়েৎ থাঙ্গৎলগা খুদোল ৪ হাপ্লগা শাংবা লমহুবু সনা লমজৈ হায়না চৎনরমই ॥ খাগেম্বা হাক্তক্তদি পাম্বোম অনি তিংথোক্লগা মহুদা খুদোল ৪ হাপ্লগা শাংবা লমহুবু সনা লমজৈ অমা হায়না লেপই (চাউরাক্না ফুট ৬ রোমানি) ॥

পরি (পারি) অমগী লম :-- মচাবু (মচানিপাবু) পারি কৌই ॥ পারি অমনা, চহি অমদা চাবা ওক্লবা ফৌ (লৌসান

ফৌবোং ১২ ) থোকপা অহুগী শরুক মরি হেন্না থোক্কদবা লম হায়বদি, লম অহুদা থোকপা পোংথোক্কী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমা খাজনা ওইনা লৌবদা ফৌবোং ১২ ওইগদবা লম হায়বদি ( ১২×৪ ) ফৌবোং ৪৮ থোক্কদবা মফম অহুবু পরি অমনি হায়না লেপ্পরমই ।। য়াম্না কুপ্না য়েংনবদা, য়ামত্রবদা ফৌবোং ৪৮/৫০ দগী তাদনা থোক্কদবা মফমদি মরাকময়ুংদা লম ৫০×৬০ ( ফুট লমজৈ, সনা লমজৈনা ) পাক, চাউবা মফম ওইগনি হায়না লেপ্পুনা মহুবু পরি অমা কৌই ।। মসি হৌজিক ফাওবা চংনরি ।। পরিগী তখাইবু লৌরাক, লৌরাক্কী তখাইদি শঙম হায়না কৌই ।। শঙম :— মমাংঙৈদা লৌউবসি ইরোইতনা উনরমই ।। অহুনা শন ( ইরোই ) অমনা নত্ত্রগা শামুক পোৎমনা নোংমদা ( অয়ুক অনিনা নোংমা শাই ) ( খোইবা ওম্বা লমহুবু শঙম শেন্+ঙম্ ) কৌই ।। শঙমগী তখাইবু লৌখায়, লৌখায়গী তখাইবু লৌশেন, লৌশেনগী তখায়বু তোং অমা হায়না লৌ শাদোকই ।।

## খাজনা অমসুং লৌশান লৌবগী পথাপ ॥

### ফৌওনবা

খুলাক্ ( মুট ) ১২ না=উতোং ১ ( উতোং মেরুক ১ )

উতোং ১৬ না=লাইতং ১=উতোং ১৬

লাইতং ২ না=লিখায় ১=উতোং ৩২

লিখায় ২ না=শংবাই ১=উতোং ৬৪ ( শংবাই )

শংবায় ২ না=পোৎ ১ ( পোৎম )

## চেং ওনবা

খুল্লাক ( মুট ) না=উতোং ১ (উক্তোং মেরুক ১ )

উতোং ৩০ না=চেংকোক ১ ( চেং ১ )

মী অমনা নোংমগী ( অয়ুক মুমিদাং ) চাউরাক্লা চেং উতোং মেরুক ২ গী চেং চাগনি, অদুনা থা ১দা উতোং ৬০ চাগনি ( চেংকোক ২ ) ॥

ফৌ শংবাই ১ ( উতোং ৬৪ ) না চাউরাক্লা চেং উতোং ৩০ থোকই ॥ চেংকোক ২ দা ফৌ শংবাই ২ না থোক্কনি ॥ অদুনা ফৌরোমদা মী ১ না ( মুমিৎ ৩০ নি ) দা ফৌ শংবাই ২ গী হিংসাবতা চাগনি; অসুম হায়না চাউরাক্লা লেপ্পরগা, মী অমনা চহি ১ দা ( থা ১১ ) দা ফৌবোৎ ১২ ( সংবাই ২৪ ) রোম চাগনি হায়না লেপ্লদুনা, অদুগুম্বা ফৌবোৎ ১২ অদুবু পার ১ গী লৌশাল অমদি খাজনা ওইনা লৌই ॥ মসি হৌজিক ফাওবা মণিপুরদা চৎনরিবসিনি, মসি লাইনিংথৌ খাগেম্বনা হৌদোক্লম্বনি ॥ মমাংঙৈদা হায়বদি খৃঃ ১৮৯১ ফাওবদা মণিপুরদা ইখোলগী খাজনা লৌরমদে ॥

খাজনা ওইনা লৌরম্বা মহৈ মরোং ফৌ চেংনচিংবা পুম্বা মণিপুরগী অতোপ-অতোপ্পা মফমদা কোৎ ( কৈ, কয় ) শাদুনা পৈদুনা থমই ॥ মদুনা নিংথৌগী সনা কোম্মুংগীসু শিজিন্নৈ, শা লান থোক্লগা চেংজেন ওইনসু শীজিন্নৈ, কম্রিগুম্বা চাক তাঙলগা

প্রজাদা লেম্না য়েনথোকই। মঙ্গাংউদা মণিপুরদা লৌউবসি হুন্দুনতা (পুঙহন) পামফেন উরমই।। খৃ. ১১৬০৫ শুবদা মৈদিঙ্গুগী মনাও ইবুঙো লাংনোংবগী লান্দা ফাবা ময়াং পাঙনসিংনা লৌহোন হুল্লগা লিংবা উবদগী মণিপুরদা লৌ লিংবা হৌখি।।

খাগেম্বা সন হাক্তক্তা কাক্ তানবদা অঙম-অথৌশ্রিংনা দোলাই তোংবা হৌদোকখি।। নিংথৌগী থৌগন্দা কোয়েৎ সলাই য়েৎপস্থ হৌদোকখি।। থবক শুরগা ব্রারবা মতমদা হিদাক থক্তুনা পোৎথাবস্থ হৌদোকখি।। খাগেম্বা হাক্তক্তা নোংমৈ শাবা হৌদোকই।। য়ুমশাবদা খুদোং চানবা সনা য়ুম্বী হাপ্পস্থ হৌদোকই।। চেক্কী য়ুম ফুবা দোলাই মথল মখা অয়াম্বা শাব হৌদোকই।। সনা কোন্নুংগী অকোয়বদা থঙ্গামপাৎ তৌরগা চকপন থোন্দুনা থঙ্গামপাৎ অহুদা ঈশিং পুনশিন্দুনা থম্না থম্লগা হীয়াঙ তাম্নহুনা কুমৈ সুংঙাইনা তৌবস্থ হৌদোকই। মহৈ,-মশিং, কুমৈদা, শান্নবদা খ্বাইদগী হেনবদা মনা (সনা লুপানচিংবগী) পীবা পুক্লিং থৌ-গৎপা হৌদোকই।।

খাগেম্বা হাক্তক্তা মণিপুরদা ব্রায়েনশঙ য়াম্না লিংখৎলি।। লোয়শঙশিং খাগেম্বা লোয়শঙ (খাংজেং) হায়না খঙনৈ।। বিচারগী মতমদা ব্রাশকপদা খাংজেংনা সাক্ষী ওইসস্থ হায়নৈ, মরমদি খাগেম্বা লোয়শঙশিংদা বিচার অচুম্বতা তৌই; অরানবা থক তৌদে, অদুনা খাংজেংনা সাক্ষী ওইসস্থ হায়বদি অচুম্বনা (সত্যম) সাক্ষী ওইসস্থ হায়বনি।

## গরীবনিবাজ, পামহৈবা

মৈদিংঙু নিংথেম ময়াম্বা খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ ফাওবা চহি ৩৯ নিংথৌ ওই। পামহৈবা, গরিবনিবাজ খোংনাং মযাম্ব, গোপাল সিংহ, অরা তোংদোই লানথবা, তখেন ঙম্বা, নিংথৌ অসিগী মমিং ঙাকতনি॥ নিংথৌ অসিগী অশেংবা মমিংদি, "করিঙম্বা নারা" হায়রনি; মরমদি করিঙম্বা মাঙথ্রবা নারা অমনা মমৈদা নিংথৌ ওইরে হায়রবনি। ময়াম্বা হায়বদি, (ময়াং + ঙম্বা) নোংচুপল লোমগী ময়াং লৈবাকশিংবু (ত্রিপুরা, কাছার, অসামনচিংরদা) ঙমই হায়বগী ময়াম্বা কৌবনি॥ পামহৈবা কৌরনি; হাওশী পামদা চাউনবা য়োক্তুনা হৈনরুই হায়বগী অমম্তং মহাকপু পাম্বা, মুশিনা পুরক্তুনা য়োকই হায়বগী পামহৈবা মিংথোনবনি॥ তখেন (ত্রিপুবা) ঙমই হায়বগী, তখেনঙম্বা, সমজোক (অরাগী দেশা অম) ঙমই হায়বগী সমজোকঙম্বা, অরাগী তোংদোই নিংথৌবু লাম্বা ঙমই হায়বগী, অরা তোংদোই লানথবা, নহা ওইনা নিংথৌ ওই হায়বগী গোপালসিংহ, খ্বাইগী মমৈদা, লাইরবগী মপুনি হায়বগী গরিবনিবাজ হায়না পণ্ডিতসিংনা মিংথোনখি॥ নিংথৌরেল অসিনা লৈমা ১০ দা, মচা ১৮ পোকই॥ মশক মত্তৌ, মগুণদ, রায়েনবম চন্ম গোমতী কৌবীবু মহারাণী হাপই॥

১। মৈতৈ লৈমা রায়েনবম চন্ম পাইখু লানথবী গোমতী মহারাণীনা মজা ইবুঙোশিং ৬ পোকই॥

১। জীশাই সনা সমৈরাং খাগী লানথবা নিংথৌ ওই (খৃঃ ১৭৪৮-১৭৫২)

২। নন্দশাই সেনাপতি ওই।। থারা লৈতে।।

৩। অজ শাই সেনাপতী ওই।। থারা থনমদে।।

৪। সব্যশাচি সেনপাতী ওই।। থারা লৈতে।।

৫। ভারত শাই মিনথোই ভানবা নিংথৌ ওই (খৃঃ ১৭৫২-৫৩)

৬। শত্রুঘণ শাই তোংেন তোনবা যুবরাজ ওই।। মাগী থারাদি যুবরাজবংশ ( উরুপুরেন ময়ুম ) হায়না খঙনরি।

২। অরাম্বম চনু (৭) শ্যামশাই পোকই, থুরাইলাকপা ওই মাগী থারাগী কার্ত্তা বংশ ওই।।

৩। ভাংবম চনুনা (৮) সনাহল মুরারিশাই পোকই। ঈ তারমদে।। (৪) চীংভাখম ভানুনা মচা ৩ পোকই।

(৯) হরিচরন শাই
(১০) গদাধর শাই
(১১) দুর্লভ শাই
} অহুমসিগী থারানা লৌরুং পুরেন ময়ুমনি।

৫। হাওবম চনুনা :—

(১২) থারাশাই পোকই।। ঈ তারমদে।

৬। য়াইখোম চনুনা :—

(১৩) হরিশাই পোকই।। ঈ তারমদে।।

৭। মাইবম চনুনা :—

(১৪) ভৌত্র'মশাই পোকই।। মাগী থারানা সেনাপতি ময়ুম হায়না খঙনরি। মমৈদা নরসিং বংশ হায়রি।।

৮। লাইরিকয়েংবম চন্থনা :—
(১৫) আনন্তশাই পোকই ।। ধারাদি মন্ত্রীময়ুম হায়না খঙনরি ।।

৯। অঙ্গোম চন্থ নহানা :—
(১৬) তুলসি শাই পোকই ।। ঈ তাদে ।।

১০। মোইরাংথেম চন্থনা মচা ২ পোকই ।।
(১৭) মেঙশাই }
(১৮) কেশয় শাই } ধার থনমদে ।।

মথক্কী রাজবংশ ৫ অসি নক্তবা গরীবনি রাজ নিংথৌগী মনাওশিংতমী বংশ ৩ অমগা লৈরী মখোয়চুদি :— মনাও ইবুঙো লোয়সূগী ধারানা কৈথেন মপান তাবা ময়ুম কৌই ।। খপ্লাং পনশাবগী ধারানা য়াইস্কুলল্লাকপ ময়ুম হায়না খঙনরি ।। মান শাই সেনাপতীগী ধারানা পাচহনবা ময়ুম হায়না খঙনরি ।। অহুনা তুবী চরাইরোংবগী মজা ইবুঙোসিংগী মণিপুরদা হৌজিক রাজবংশ কাঙলুপ ৮ লৈরি ।।

মখোয়চুদি :— (১) গরীবনিরাজগী মচা ৫ দগী বংস ৫
(২) লোয়সূগী মচাদগী বংশ ১
(৩) খপলাং পনশাগী মচাদগী বংশ ১
(৪) মানশাইগী মচাদগী বংশ ১

## গরীবনিরাজ

মৈদিঙু গরীবনিরাজগী অঙম্বসি :— লাইহক ফবা অফাওবা নিংথৌরেল অসিগী মতমদা, অফাওবা অঙম্বশিং য়াম্না লৈরমই ;

মখোয়দুগী মরক্তা, লৌরেম্বা খোংনাংথাবা পণ্ডিত, ১সুং থাংজবা চেক্সা চক্রপানি অনিসিনা খ্বাইদগী হেনবা লাইপোক ওইবা অওম্বনি ॥ লৌরেম্বা খোংনাংথাবা হায়বসিনা লাইরিক য়াম্না হৈবা পণ্ডিত, থোকথ্রবা, ওইখ্রিবা ওইরক্কদবা তুংগী মরোন খণ্ডবা, মানা হায়বদা শোয়বা হৌনদ্রবা মৈতৈ লৈবাক্কী পণ্ডিত অথোইবা অমনি ॥ অদুতা নত্তনা যুগ মরিগী (৪) ধর্ম্ম খণ্ডবা, তৌরক্কদবা লৈবাক্কী মরোন খণ্ডবা পণ্ডিতনি ॥ থাংজবা চেকসা চক্রপানি হায়বসিনা, লাম্দা মায়থিবা ফংদ্রবা মানা চঙখ্রবদা য়েক্লবনা ঙমথিবা লৈত্রবা, শাফম লানফম খুদিংদা মমায় পাক্লবা, শা লাম্দা থোইদোক হেন্দোক্লা শিংলবা অথোইবা সেনাপতী অমনি ॥ নিংথৌরেল গরীবনিৱাজনা শা লাম্দ লাকঙম ফাঙমদবা অমা ওইনা য়ুমলোন্নবা লৈবাকপুম্বা খুত্থম চল্লম্বসি : অয়াম্বদি সেনাপতি অসিগী মথৌনা মরৌশীংদগীনি হায়বদা হায়মনবা ওইরোই ॥ হায়রিবা পণ্ডিত অমসুং সেনাপতি অনি অসি নত্তবা অতৈসু য়াম্না ফাওরমই, মখোয় অনিসিনা লাইপোক ওই হায়বত্তনি, অতৈশিংসিসু মখোয়দগী থোইদোক্লা তাবা নত্তে মখোয়দুদি :—

| | | |
|---|---|---|
| অওম্বশিং :— | (১) খপ্লাং পনশাবা | সেনাপতি |
| | (২) মানশাই | ” |
| | (৩) কোরেন | ” |
| | (৪) হাওবম অকোং | ” |
| | (৫) খুমন লুপা | ” |

| | | |
|---|---|---|
| (৬) | সাপা ক্যাম্বা | সেনাপতি |
| (৭) | থিয়া পুকচাউ | ” |
| (৮) | খম্বাংবা | ” |
| (৯) | থাংজবা চেকসা চক্রপানি | |
| (১০) | অয়াম্ব | মেজোর |
| (১১) | থাঙজবা য়াইকুলি | ” |
| (১২) | হুইদ্রোম্বা | ” |
| (১৩) | পোলিবা লমথক | ” |
| (১৪) | ব্রাংখৈ লৈখোন | ” |
| (১৫) | চেকসা নন্দে | ” |
| (১৬) | চেকসা তন্দে | ” |
| (১৭) | য়ুমলেনবা কোপেং | ” |
| (১৮) | পনশা হুইক্রহনবা | ” |
| (১৯) | শ্যামশাই খুরাইলাকপা ॥ | ” |
| (২০) | ব্রাংখৈরাকপা আনন্তশাই ॥ | ” |
| (২১) | শত্রুঘন শাই ভোলেন তোনবা যুবরাজ ॥ | ” |
| (২২) | গদাধর শাই লৌরুংপুরেন ॥ | ” |
| (২৩) | লৌরেম্ব খোংনাংথাবা ॥ | পণ্ডিত |
| (২৪) | গনক থেঙ্গা ॥ | ” |
| (২৫) | নিঙোম্বা অকোং | ” |
| (২৬) | লাঙ্গোন লুখোই | ” |
| (২৭) | য়াম্বেম ফৌগাই | ” |

| | | |
|---|---|---|
| (২৮) | মোইবাং লান্‌হান্বা | পণ্ডিত |
| (২৯) | থোংবম হিমাইবা | ,, |
| (৩০) | বাঙ্গোই লীশাংথে্মথোমা | ,, |
| (৩১) | শমুরৌ চিংগোং | ,, |
| (৩২) | বাঙ্ বাজি | ,, |
| (৩৩) | কমেং ফদিবা | ,, |
| (৩৪) | অঙোম কবি ( গোপী ) | ,, |
| (৩৫) | শান্তিদাস গোসাই | ,, |
| (৩৬) | হাওবম শ্যামা | সন্ত্রী |
| (৩৭) | বামোন হনজবা | ,, |
| (৩৮) | মুস্লিম বেঙ্গুন হনজবা | ,, |
| (৩৯) | নহাকপা শঙলেন লাকপা | ,, |
| (৪০) | লাতোনজম কোংয়াম্বা | ,, |
| (৪১) | সাপা পুখ্রম্বা | মন্ত্রী |
| (৪২) | সনথিনবা কৈরুংবা | ,, |
| (৪৩) | ঙাঙোম মাইতেক | মন্ত্রী হিদাক ফানবা হনজবা |
| (৪৪) | কবো কোপেং | মন্ত্রী হিদাক ফানবা হিদং ॥ |
| (৪৫) | অচোম্বা গুণসিংহ | মন্ত্রী শমু হঞ্জবা ॥ |
| (৪৬) | হাওবম হঞ্জবা | মন্ত্রী শগোল হঞ্জবা ॥ |
| (৪৭) | হাওবম পুখ্রম্বা | মন্ত্রী অহনলুপ লাকপা ॥ |
| (৪৮) | হাওবম পুথ্রম্বা | মন্ত্রী পুথ্রম্বা ॥ |
| (৪৯) | ঙাঙোম্বা কৈরুংবা | মন্ত্রী কৈরুংবা ॥ |

(৫০) পোৎসংবা হিদং মন্ত্রী হিদং ॥
(৫১) রায়েনবা নহারুপ শঙলেম লাকপা ॥
(৫২) লাইফম রাঙ্গোন শঙলাকপা ॥
(৫৩) বামোন গঙ্গারাম মন্ত্রী .
(৫৪) সলাম অপাং ”
(৫৫) সৌগ্রাকপা অকোং ”
(৫৬) চন্দ্রসেখোর সেলুংবা
(৫৭) তারাচান্দ ”
(৫৮) সোরাইসোম শ্রীদাম ”
(৫৯) লবরাম্ চবন ”
(৬০) সাপা মোইরাম্বা ”
(৬১) মাইস্নাম্ পুকচাউ ”
(৬২) যুমলেনবা ”
(৬৩) উসবা কোপেং ”
(৬৪) লৌরেম্বা ”

লাম্মা শেমগৎপা :— ( military organisation ) চৈ থারোন কুম্বাবা পুবাম্না হ য়ার—নিংথেম ময়াম্বনা খৃঃ ১৭১৫ সুবদা লৈবাক ভাচপগী থবক অঙম্বশিংগী মথুক্তা পিথোক্তুনা, মশামক্না লাম্মীগ থবক্তা বন্না য়েংশিন্দুনা হোৎনৈ ॥ নিংথৌরেন অসিন' খাইদগী হেনবদি, মণিপুরী জাতিগী মথোন অমস্তুং ধর্ম্মবু খাইদগী হেন্না, ফুদোকহল্লম্বাসনি । মচুনা মরম ওইদুনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুবগী হতিহাসদা নিংথৌরেন অসিনা খাইদগী,

হেনবা শরুক ওইরিবসিনি ।। অঙম্বা অমত্থং লাম্মীশিংবু মাগী-মাগী মথৌনা মরৌশিংগী, মহৈগী মতুং-ইন্না, নিংথৌ মশামক্না থাগৎপা য়াহৈ অমত্থং মনা, ফম্মচিংবা পিদুনা ইকাই খুম্নবা উৎলগা শেমগৎলি। মণিপুরী লাম্মী তেঙ্গোন অসি কাঙলুপ ৩ থোক্না খায়দুনা শেমগৎলি :— (১) খোঙগী লাম্মী।।

(২) শগোন লাম্মী ।।

(৩) হিগী লাম্মী ।।

মণিপুরী লাম্মী তেঙ্গোনগী মরু ওইবা কাঙলুপতী শগোল তোংবা লাম্মী তেঙ্গোন্নি।। লাম্মীগী মপাঙ্গনবু অথুবনা ওই।। মখোয়সিনা অকুপ্পা পোৎ থক পুদে ; য়ারিবমথৈ লান্‌বন্‌ শাদুনা লান তৌদে, য়েক্লববু অসুক্কী মতিক্‌ থুনা কোয়শিন্দুনা লাক-শিন্নি ; মতুদি য়েক্লবনা তঙাই ফদনা খুৎলাই থাদোক্তুনা মথাইগী-দমক্‌ হায়জদবা ঙমদে।। মণিপুরী শগোনতোংবা লাম্মীদি, শগোল তোংবা অসুক্কী মতিক হৈ মখোয়সি শগোল তোংবা হৈবা ওইনা তৌদে ; সেন্তুরনি, মশা তথায় অমনা মীওইবা, মথাংদগী মখোঙ ফাওবনা শগোন ওইবা জিবা ( centour ) অমনি হায়বা য়াই।। অসুম্না শগোল তোংবা লাম্মী অসি, নক্লবা মীরৈবাকশিংনা, অসুক্কী মতিক কিনৈ, মখোয়না লাক্লবদা, হিংগনি হায়বা থাজনদে। অসুম্বা শগোল তোংবা লাম্মী অসিনা, য়েক্লবনা লান্মারক্লবসু, ঙাক্লবগী মরু ওইনা শীজিন্নৈ।। অসুম্বা শগোল তোংবা লাম্মী অসিনা, পায়বা হৈবা খুলাইদি, মরুওইনা থাঙ, তা, অরাম্বাই অসি শীজিন্নৈ। নিংথৌরেন অসিনা অসুম্বা

মতিক চানা হৈরবা শগোল তোংবা লাম্মী ৩০০০ রোমদগী হেন্না থমই ॥ হিগী লানগীদমক মতিক চানা হৈরবা হিরোয় থমই। মণিপুরীদি ইরোইবা হৈভবা পঙনা য়াওদে, অদুমদি ওইরগা অচৌবা পাং ময়াদা তুরেন মপান্দা তাবা কাঙবুনা ঈশিংদা থরা হৈবা হেল্লি ; অদুনা হিগী লান্দা হৈবা, হিহোনবা হৈবা মতুগা লোয়ননা থুৎসু-থুনাই শিজিন্নবা হৈবা লাম্মী মতিক চানা থমই ॥ হিগী লানগীদমক নোংপোকলোমদা নিংথি তুরেন ; নোংচুপলোমদা বরাক তুরেন্দা মণিপুর নিংথৌগী হি মতিক চানা থমই ॥ হিগী লানগীদমক মণিপুরিশিংনা হিয়াঙ তান্নবা হায়না চহি খুদিংগী হিয়াঙ তান্নৈ ॥ হীয়াঙ তান্নবসি মরুওইনা হিগী লান্নোং তম্বনি ॥ মমৈদা কুমৈগী মওংনা ওইনা তৌনখিবনি ॥

## খোঙমী

মৈত্রবাকী খোঙমী লাম্মীদি, শগোল তোংবা লাম্মীদগী মখৌনা মহৈ তাবা নত্তে ॥ হুকথেংনবা লান্দা মণিপুরী খোঙমীদি য়েক্নবা ৫/১০, অদুদগী হেন্না লাম্বা পাদুনা, মখোয়দুগা লোয়নন্না শিজিন্নবদা মথন্নাই পামুদে ॥ মণিপুরী খোঙমী অমসুং শগোল তোংবা লাম্মীদি হুকথেংনবা লান্দা অস্নক্কী মতিক থৌনা অমসুং মগুণ-মহৈ-হৈ, মতুদি খৃঃ ১৮৯১ ইংদা পৃথিবীদা লাম্বা লৈতবা বৃটিশকী মশিং লাকওমদবা লাম্মীবু মায়থীবা পিবা ওন্নমই ॥ মসিগী সন্দোকপা মরোল মখাদা ইরক্কনি ॥

অসুম্না লাকৃওম-ফাওমদ্রবা, থৌনা ফরবা খোঙমী ১৩,০০০ রোমবু মতিক চানা থুনাই তম্বীদুনা থমই ॥ অসি নত্তবা

মখোয়সিগী তেংবাংনবা খোঙমি ৭০০০ অমস্থু থমই ।। মরু ওইবদি মণিপুরীদি চহি ১৮ দগী ৬০ ফাওবগী নিপা খুদিংমক ; লাল্লুপ কাহনা মশানা মতিক চাবা লাম্মী অমা ওইবগী মহৈ তমই ; অহনা চিরবা মতমদা মণিপুবী নিপা খুদিংমক লাম্মীনি, মণিপুরীদি শগোল তোংবা হৈতবা অমস্থুং হি হোনবা, ঈরোইবা হৈতবা পঙনা য়াওরমদে ।।

খোঙমী লাম্মীনা থাঙ,–তা, চুঙ চুঙোয় ; লাংলোই, তাকপ-নচিংবা খুলাই ওইনা পায়হনা শিজিন্নে ।

খৃঃ ১৫৯৭ কী মতুংদগীদি লৈদিংঙু খাগেম্বা হাবক্কগী নোংমৈ, তোপ্ বমদিয়ার শাহনা শীজিন্নে ।' হায়ববু, থাঙ তানা মরুওইনা শীজিন্নে ।।

## মৈত্রবাক্কী লাম্মী তেঙ্গোন

খাগেম্বা ( ১৫৯৭–২৬৫২ ) হাক্কী মনাংঙৈদগী মণিপুরগী লাম্মীগী মশিং ১০,৫০,১০০,১০০০ হায়না চৎনরমই ।। লাম্মী তেঙ্গোল অমা হায়বগা লাম্মী ১০০০ বু শঙনবমই । খাগেম্বা হাক্কা খৃঃ ১৬০৬ শুবদা মমাও শানোংবনা শছার অমস্থুং সিলেটকী মুসলমানশিংনা লুচিংহনা মণিপুরদা লান্দাবিকই ।। খাগেম্বনা ঙমহনা শগোল ৩০ শামু ৩ নোংমৈ ১০০ লাম্মী ২০০০ রোম ফাহৌই ।। মসিদা ফাহৌবা মীশিংসি ফাহৌবা মশিংসি থাঙ শাবা হৈবা, কোনশাবা, পেরে পুংদোং খাংবা, ফিশুবা শগোল শেনবা, শামু শেনবা, ঙা ফাবা হৈবা মী জাংৎ শুনা য়াওই ।।

অস্থুম্না ফাহৌবা সিফাই লাম্মীশিংগী মশিং মমিং লৌদুনা, মণিপুরদা মী ১০০০ অমবু ফৌজ অমদি দোলি হায়বগী তুলি (Regiment) হায়নখি ॥ মসি (দোলি, ফৌজ) হায়বসি মণিপুরদা হায়া সিফাই তেঙ্গোন অমবু (১০০০) খঙনৈ ॥ তেঙ্গোন ফৌজ তুলি অমগী লুচিংবা মকোক ওইববু মণিপুরদা লাল্লুপ চংবা কৌই, খাগেম্বা হাক্তুগী শুবিদার জামিন্দার হায়না মীরৈবাকী লোনগ্না তিন্নরা হায়নখি ॥

দোলি, তুলিগী লুচিংববু মেজর হায়বদগী তুলিনহা মেজরন-চিংবা হায়নখি ॥ গম্ভীরসিংহ (খৃ: ১৮১৫–১৮৩৪) দগী বৃটিশগী লাম্মীগী মমিংদগী জেনেরেল, কর্নেল, লেপাটনেট, মেজর, কেপ্টেন্ শুবিদার, জমান্দার অস্থুম্না কৌরে ॥

## তুলি

তুলি (Regiment) অমগী মকোকপু লাল্লুপচিংবা কৌই ॥ তুলি (Regiment) অমবু, লুপ (Company) কয়াম্রুম খোক্না খায় ॥ লুপ (Company) অমগী মকোকপু লাকপা কৌই ॥ তুলি অমদা লুপ ১৭ লৈবা য়াওই, শুপ্নগী ৭ লৈবস্থু য়াওই, অদুগুম্বা তুলিদুগী ফম্নাইবা য়াম্না লৈ, মখোয়দুগী মমুংদা পোইলা, শাজোর, আমোন্দর, কুত্তনচিংবনা অথোইবনি ॥ লুপ অমগী মকোক লাকপা, মাগী মখাদা হিদং হঞ্জবা, থাঙস্থহনবা থাঙস্থনহা, তেনস্থনহা, মৈরাবনচিংবা লৈ ॥ মণিপুর তেঙ্গোনসি তুলি ১৩ খোক্না খায়দোকই :—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| (১) | তুলিহন | লুপ | ১২ | লৈ। |
| (২) | তুলিয়ায়মা | ” | ১১ | ” |
| (৩) | তুলি নহা | ” | ১২ | ” |
| (৪) | ভীত্না তুলি | ” | ৮ | ” |
| (৫) | বিষ্ণু সেনাহল তুলি | ” | ৯ | ” |
| (৬) | বিষ্ণু নহা তুলি | ” | ৯ | ” |
| (৭) | তোপ্ তুলি | ” | ১২ | ” |
| (৮) | লোয়া তুলি | ” | ১৭ | ” |
| (৯) | কাং তুলি | ” | ১২ | ” |
| (১০) | কাংনাও তুলি | ” | ৭ | ” |
| (১১) | ওইনাম লোং তুলি | ” | ৭ | ” |
| (১২) | নয়া তুলি | ” | ১২ | ” |
| (১৩) | বমদিয়ায় তুলি | ” | ১১ | ” |

মথাদা মণিপুরী লাম্মীগা, বৃটিশকী লাম্মীগা চাংদম্নবদা পুক্রিং লৌশিং ওইনবা বৃটিশকী লাম্মী তেঙ্গোল মশিং:—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| সিফাই | ১২ | না=সেকসন | ১=সিফাই | ১২ |
| সেকসন | ৩ | না=প্লেটুন | ১=সিফাই | ৫০ |
| প্লেটুন | ৪ | না=কম্পনি | ১=সিফাই | ২০০ |
| কম্পানি | ৪ | না=বটালিয়ন | ১=সিফাই | ৮০০ |
| বটালিয়ন | ৪ | না=ব্রিগেড | ১=সিফাই | ৩২০০ |
| ব্রিগেড | ৩ | না=ডিভিজন | ১=সিফাই | ৯৬০০ |

মণিপুরী জাতিগী মনুংদা নুংশিন্না লিংজেন মান্নবগীদমক, জাৎ অক-কত্তগী অমসুং অতোপ-অতোপ্পা জাৎকা শোক্নবা য়াবা য়াদবগী পথাপসি থাঙ্গৎশেংনা লৈরমদে হায়বা য়াই ।। অসিগুম্বা পথাপসি লৈরমদবনা মরম ওইদুনা, মশীং হেনবা লোন্নবা লৈবাকশিংগী লাম্মীবু মায়থিবা পীদুনা, নিংথৌরেন অসিনা অফাওবা অমা ওইখিবনি ।। নিংথৌরেন অসি নোংপোক থংবা লৈবাক-শিংগী খ্বাইদগী হেনবা লাম্মীগী লাইপোকনি হায়বদা লাল্লোই ।। মহাক্কী মথৌনা, লান্দা থোইদোক্পা হৈশিংবা মগুণসি, নোংপোক থংবা লৈবাকশিংগী ইতিহাসতা অঙকপা অমা ওইনা শীংথানরি ।। খৃঃ ১৭১৭ দগী ১৭৩৮ ফাওবদা, নিংথৌরেন অসিনা লোন্নবা লৈবাকপুম্বা লান্দাদুনা জয় তৌখি ।। থোইদোক্না অরা লৈবাকপুম্বা জয় তৌদুনা, অরাগী কোন্নুং মনাক্তা লৈবা কাঙউদোন্ ফুরাদা, অরা লৈবাকপুম্বা জয় তৌরমই হায়বা খঙনবা, থাঙ খৌবোম্বনা হক্তুনা থনম্বা খুদম হৌজিক কাওবা লেঙদনা মুক্তনা লৈরি ।। নিংথৌ অসিগী লান্দা লাকঙম ফাঙমদ্রবা মতৌসিদা নুংঙাইতদুনা, অরা তোংদোই নিংথৌনা, ত্রিপুরাগী ইন্দ্রধ্বজ নিংথৌগা লৌতুন-দুনা খৃঃ ১৭২৩ শুবদা, মতম অমত্তদা, মণিপুর লৈবাক্তা লান্দা-রকই ।। মৈদিঙ্গুনা অহানবদা অরালান ঙাকই ।।

## অরা লান

অরা তোংদোই নিংথৌনা, মন্ত্রকেং সেনাপতী অমসুং সমস্থু মন্ত্রীগা তানদুনা অরা লাম্মী লখা অমা ১০,০০০০ পিদুনা মন্দ্রকেং

সেনাপতিবু মণিপুরদা থারকই ।। অরা তেঙ্গোন্না সমজোক য়ৌরকপদা মৈতৈ নিংথৌগী খোঙনেৎ হি ময়াম থম্বদু থুগায়রম্লি ।। অদুদগী অঙ্গো চীং লান্দুনা লান্দুনা অরা লানজাবশিং তেংনৌপাল য়ৌরক্লবদা, কক্‌চিং খুনজাওগী নিপা ১৫ লাকুনা মৈদিঙুনা অরা লানবাউ হঙ্গৎলৈ ।।

মৈদিঙুনা পাওসি তাবদা, থুমন লুপা সেনাপতী, লাইফম লাকপা সাপা মেজোর, চেকসা চক্রপানি সেনাপতি, মনাও ইবুঙো থম্বাংবা য়াইস্কুল্লাকপা, মনাও ইবুঙো খ্বাইরাকপা মানসাই সেনাপতিনচিংবা অঙম্বশিংনা লুচিংদুনা লাম্মী ২০০০ পিদুনা অরাগা লানথেংনবদা অহানবদা অরা তেঙ্গোন কায়দুনা চেল্লি ; মন্ত্রকেং সেনাপতিন নীংগী তেঙ্গোন অচৌবা অমুক খোমজিন্নকুনা লান কন্না য়াম্নবদা, অরানা য়াম্বগা থুলাই নোংমৈগা হেনবগা, মৈতৈ খাঙবা য়াদদুনা নীংলোমদা হন্দুনা তেনথা চীংদা লানবন কন্না শাদুনা অরা হেনজিনবা য়াদনা ভাকুমনা লৈরগা থুমন লুপা সেনাপতিনা মৈদিঙুদা লানগী অকনবা মরোল হঙ্গৎখি ।।

অকনবা লানবাউ তাবদা, মৈদিঙুনা লাম্মী ৪০০০ খোম-গৎলে, চৌংমিনি, মখুত্তা তেন্ তা শাগে'ম্নবা, মপান কাংলৈ-বুংদা সনা থৌগন ভাইদুনা লৈখি ।। মৈতৈ অকন-অথৌ লাম্মী ৫০০০, মখুত্তা থাঙ, তা, নোংমৈ, অরাম্বাই পায়বা. শগোল তোংবা লাম্মী ৩০০, সনা থৌগনগী শমু হঞ্জবা অথোইবা গুণশিংনা শমু রাজবল্লোভ সনরুপ্পা তায়বোং হাপ্তুনা শ্রীযুৎতা কংলৈ ।। পাঙন হঞ্জবনা লুচিংবা বাঝাই খোংবা বেঙ্গুন খোয়বা নিপা ৩০,

সেলুংবা ৮ লখ কাওহাই চামর থোগন্ তৌ, মৈদিঙুনা লাঙৌই শামু-মথক্তা লেঙখৎলে ।। জয়ধ্বনি লাউহুনা সনা থোঙলেঙবা, ইতম পাৎকী লিল্লোং ঙারিয়ান্ চীং, থোবাল মানবী, তেনথা চীং লোঙুনা, লৈরম্বিবা সেনাপতি পুম্বগা লানগী মরম ঙাওনরে ।। অরাগা মৈতৈগা লান কন্না য়াম্নরে ।। কুইম্বগা অরানা খুলাই নোংমৈ হৈনবদগী লাকচরে ; মৈতৈগী লাম্মী চঙশিনবা ঙমদ্রে ; উপায় লৈরক্তবদা মৈদিঙু গর্বীবনির'জ নিংথৌরৈন, য়াঙৌই লামশা খুনেৎশা, কারু খোংদাঙবা অফ ওবা নাকথং য়েৎ ওইদা অরাম্বাই থন্না হাপচিল্লে, থাঙ খোবোম্বা য়ানশিল্লে, খুৎম্ব তানা ওইনা পায়, তারোন্ তানা নমদা থোং, হাকথৎতা থানজুম্বা তানা য়েৎনা পায়, লাঙৌই থক্ত লেঙখৎখ্রে ।। তেগৌন পানমাঙ চোংথোকপ্রে ।। সনা থোগল শগোল তোংবা লাম্ম ৩০০, খুৎলাই মতিক চানা-চানা হাপতুনা থাঙ, তানচিংবা পায়হুনা সনা থোগন চোংথোকপ্রে ।।

মৈদিঙুনা অরা তেংঙৌন পনমাঙদা, থাংগী জগোই শাহুনা য়াঙৌই খুনেৎশা থৌজিল্লা, অরাম্বাই খুবাম-খুবাম্ লংশিল্লা চারাম্বা নোংশানা, শজি সঙাই তানবগুম কোয়না-কোয়ন অরাম্বাই লংলহুনা, অরা তেংঙৌন চাইথায়না হাংকল্লে ।। মৈতৈ শগোলতৌরবা লাম্মীগী অরাম্বাইগী লান্দা থাঙবা য়াম্রহুনা অরা তেঙৌন কায়রে ।। অসুম্ব চেম্নরিঙৈদা, চীংবুরোয় তম্বুরোয় লাম্মী ময়ামহু য়ৌশিল্লকুন, থাঙনা য়ান তানা থিন, তেম্না কাপ অরা মশিং নাইদনা হাৎলক্লে, মৈতৈনা অরাগী খুৎলাই

মশিং নাইদনা মুল্লে ।। অরা লাম্মীন্থ য়াম্না ফারে ।। মতৌ অদুদা মন্ত্রকেং সেনাপতিচু মথুক্তগী থুংলাই থাহনা মৈদিঙুগী মফমদা চঙজখি ।।

মৈদিঙু গরীবনিরাজ নিংথৌরেম্না মাবু কনবিরে ।। মতুংদা অমুক হন্না মৈতৈদা লান লাকনু, নখোয় খ্বাইবু ঐনা কল্লগে, লান্দা শিখিবনা শিখ্রে; হিংহৌবনা চানবা চেংজেন পীদুনা মরৈবাক অরা লৈবাক তানা হনহনখি ।। অরাশিংনা মরৈবাক্তা হৌরগা, অরা তোংদোই নিংথৌদা পাউচু তম্বুবদা, তোংদোই নিংথৌনা অশাউবা তেক্কুনা মৈতৈ নিংথৌবু থাগৎখি ।। অদুন্না অরা তোংদোই নিংথৌবু হন্ন-হন্না ওম্বদগী "মৈদিঙু অরা তোংদোই লানথবা" হায়বা মিংথোম্না লৈতেংখি ।।

## তখেল ( ত্রিপুরা ) লান

ত্রিপুরাগী ইন্দ্রধ্বজ নিংথৌনা, মৈদিঙু গরিবনিৱাজগী মফমদা পাঙ থারকই ।। মতুদি মৈদিঙুনা শ্রীমৎভাগবত লৌখিবগী-দমক, মৈতৈ লৈমা কজেংঙানবী অদু পীরক্কবা য়ংদে, নত্রবদি, মৈতৈ তক্না হাৎপা তারে, ঐগী সেনাপতী ৩, ((১) নারান সেনাপতী (২) নারিন সেনাপতী (৩) পঞ্চম সেনাপতী ) লাম্মী অকন অথৌ ৫০০০ না লূচিংহনা লান্দাহনথ্রবনি ।। মৈদিঙুনা পাউশি তাবদা, লানবুঙ য়ৈহনা লানমী অকন-অথৌ খোমগৎলে ।। অকোং সেনাপতী, হুইদ্রেংম্ব খেমা মেজর অনিনা লূচিংহনা লোক্তাক য়ৌনা কুমহনা লাম্মী ১০০০ গা মোইরাংদা তেঙ্গোন

শান্থনা লৈরে ।। মনাও ইবুঙো খপলাং পনশাবা বড় সেনা-পতীনা লুচিংহনা লাম্মী মতিক চানা পুহনা সণ্ডাইতা চীংশাং রাকোল্লোক ইরোং ও ফাংবদা লানবন শাহনা লানণ্ডাক্তুনা লৈখ্রে ।। মৈতৈনা সণ্ডাইতা চীংশাংদা থক্নুমা লৈরে হায়রবা পাউ তাহনা বয়ান সেনাপতী লাম্মী খরা পুহনা অহিংদা লম্বেল নাথৈহনা, থাংজিং চীংথক্তা তেঙ্গোল শারে । মসিদা অকোং সেনাপতীনা লুচিংবা তেঙ্গোনগা অকনবা লান শোক্নরে, তথেম্না অয়াংবা লমদগী নোংমৈ কাপথবা মরম্না মৈতৈ চণ্ডবা ওমত্রবদা, মৈদিঙুদা লানগী অকনবা পাউ থারকই ।। মতুদা থাংজবা চেকসা চক্রপানি সেনাপতী শগোলতোংবা লাম্মী ১০০ গা লোইননা থাংজিং, চিংথক্তা কাহনা তথেন তেঙ্গোন থুগাইরে ।। খুদক অসিদা বড় সেনাপতী খপলাং পনশাবনা সণ্ডাইতা চিংশাং রাকোল্লোক লমদা লাম্মী থোমজিনবীরকউ হায়বা পাউ ফংবেদা মৈদিঙুনা তেঙ্গোন লাম্মী পুহনা শগোল তোংবা লাম্মী ৪০০ গা লোয়ননা তথেন তেঙ্গোন লাম্মী চাইখায়হনা, পঞ্চম সেনাপতী তম্না লানশা কারুখোংদাংবা থৌজিল্লকই ।। পঞ্চম সেনাপতীসু থাঙ পায়হনা মৈদিঙু তম্না শগোল তোংহনা লাম্বা পানৈ ।। মৈদিঙু পরিমনিয়াজ নিংথৌগা, পঞ্চম সেনাপতিপা শগোল-সগোল থৌজিন্নবা মাম্নৈ, হন্দোকবা মাম্নৈ, থাঙদোম্না হাইজিন্নবা মাম্নৈ, খুৎক্তোকন্নবা মাম্নৈ ।। অসুম্না শগোলগী লান্দা পান-ম্নিঙৈদা, নারিন সেনাপতিনা নারোন্দা তা, লংশিল্লক্তুনা খপলাং পনশাবা সেনাপতীদা পান্দুনা তুরে, মতুদা তেথাও

অৱা নিংথৌনা শাউদুনা অৱা লাম্মী লাখা ৩ মণিপুরদা লান্দা হল্লি। অৱানা য়ামনখিবনা মৈতৈ খাঙবা য়াদত্তুনা মণিপুরী অয়াম্বগা লোয়ননা মারজিৎ কাছার তাম্না লানজেনখি ॥ মারজিৎপু ঙাম্নৱকপদা অৱা লাম্মী তেঙ্গোন অমা কাছারগী তিলান চিংদা লানবন শাহুনা লৈ ॥ কাছারদস্মু খাঙবা য়াদত্তুনা শ্রীগোবিন্দগা লোয়ননা মারজিৎপু সিলেট তানা লানচেনখি ॥ মতৌ অস্তুম্না চহি ৭ মণিপুর লৈবাক খুনতাকখি ॥

## চহি তরেৎ খুনতাকপা

(১) হুইদ্রোম সুবোল খৃঃ ১৮ ৯ গী চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই ॥

(২) হেরাচন্দ্র ডাকুনিংথৌ খৃঃ ১৮১৯-২০ চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই ॥

(৩) য়ুমজাওতাবা সনা খৃঃ ১৮২০-২১ চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই।

(৪) গমভীরসিংহ খৃঃ ১৮২ -২২ চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই ॥

(৫) জয়সিংহ খৃঃ ১৮২২-২৩ চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই ॥

(৬) যদুসিংহ খৃঃ ১৮২৩—২৪ চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই ॥

(৭) রাঘবসিংহ খৃঃ ৮২৪-২৫ চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই ॥

(৮) ভদ্রসিংখাব খৃঃ ১৮২৫-২৬ চহি ১ রোম লৈবাক ঙাকই ॥

মৈদিংঙু মরজিৎ হাক্তক্তা অৱা লানগাইবদা চহি তরেৎ খুন্তাকপসিদা মণিপুরী অয়াম্বা কাছারদা লানজেন্দুনা লৈ ॥ কাছার সিলেটনচিংবা মফমদা চৌরজিৎ, মারজিৎ গম্ভীরসিংনা

চিংবা মৈতৈ নিংথৌ মচা অয়াম্বা প্রজাগা লোয়ননা কাছারদা লৈদুনা ইপা-ইপুগী লমদম মণিপুরবু অরাগী মথুংতগী কন্নবা হোৎনসি হায়না খল্লে ।। গম্ভীরসিংনা ময়াম্বুং চৌরজিৎ অনিবু নিংথৌ ওইবিয়ু হায়জবদা, মখোয়দি অহন ওইরে ইনাওশিংনা ইরৈবাক কন্নবা হোৎনরো হায়না তাবপিব, মতু ইন্না, পেব্যা পণ্ডিতনা গম্ভীরসিংবু নিংথৌ ওইয়ু, নর কৌবা অমগা শিন্নবগা থবক পাঙথোক্কনি হায়রবদা নরসিংবু থিদুনা, মাচন-মনাও ব্রাশক্র দুনা, নরসিংহবু সেনাপতি হাপতুনা মণিপুরবু অরাগী মথুংতগী কন্নবা লেপ্লরে ।। মরক অসিদা, কাছার যাত্রাপুর কৌবা লম অমা মুন্নবদগী চৌরজিৎকা গম্ভীরসিংগা মচন-মনাও খুৎ থোক্লখি ।। চৌরজিৎনা থাঙ পায়দুনা গম্ভীরসিংনা লাকপা মাইকৈদা ভাইদুনা লৈ । অচোইবা লুরাংবনা জিবিস। কৌব শামু মথক্তা গম্ভীরসিংবু তোংহন্দুনা চৌরজিৎনা লৈবা মফমদা থৌজিললকই । মধুচন্দ্রগী মচা কৈফা সনানা থাং পাইদুনা চৌরজিৎপু কন্নবা গম্ভীরসিং তন্না চেনশিন্দুনা শামুগী পুক্লি কক্টবদ , গম্ভীরসিংনা তানা থিল্লক্তুনা কৈফা সনা তুরে ।। চৌরজিৎ মহারাজনা যেৎথাঙ ওইথাঙ পাইদুনা, লাঙ্গোই শামুগী মমাঙদা চেক্রা পোম্বী রাহেংনা, তাঙজ লিনবু উরগা, চেক্লাগী মশা থগতুনা, নোয়না লৈনা জগাই শাবগুম যেৎথাঙ ওইথাঙ অনিমা, চেক্লাগী মশা পান্দবগুন সনা হকচাংবু য়োমদুনা, লৈন-লৈন থাঙগী জগোই শারকপা যো গনি নোংথাঙ কুপকুমই ।। লাঙ্গোই শামুগী মমাঙদা, থাঙগী কদম খোঙলৈনা, অঙকপা মতৌ ওইগক্লে ।। কুম্মৈ য়েংবা পুম্নমক

শ্রীযুৎকা মত্তৌ ঊবদা, অকি ভুচুংনরক্লে ॥ খুদক অদুদা গম্ভীরসিংনা হঙ্গংলি, য়াম্মুং সনাবুদ্ধি করি খনবিরবগে ? রাজু তাবদা চৌরজিৎ মহারাজনা খুমই, ইনাও ইবুঙো, ইনাওনা অস্নুম কৈ হায়দুমঙাই, ইয়াম্বা করি থোইদোকপা লৈতে হায়রবদা গম্ভীরসিংনা অদু'দ য়াম্মুং খুলাই থাবিরো হায়না হঙ্গংলি ॥ মনাওগী রাজু তাবদা, চৌরজিৎ মহারাজ থাও হাইবদি তোক্লে, থাওদি থাদোক্কে । মদুদা অচোইবা লুরাংনা চৌরজিৎকী নাক্তা শামুদু থোক্তিন্দুনা গম্ভীরসিংদু কুমল্লগা গম্ভীরসিংনা চৌরজিৎনা পায়রিবা থাওদু থাওদোন পায়দুনা মুনগে তৌই থাওদু থাদে, পীদে অচোইবা লুরাংবনা মনা পায়বা তাদু চৌরজিৎকী মতুংদা য়ুংলগা, মবুঙো অনিগী মরক্তা চঙদুনা, থাও ময়ায় পায়দুনা মবুঙো অনিবু শাম মথক্তা শাঙ্গংদুনা ফংইল্লগা থেমজিন্দুনা পুখি ॥ চৈরক অসিদা (১) প্রেমতোন (২) গিরান (৩) স্কোট কোবা বৃটিশশিংনা সিফাই থরগা লোয়ননা শিলোংদগী কাছার য়োনা জম য়েংবা, লো ॥ লাক্পদা, কছারদা লৈবা লাম্মীগা থেংনদুনা লান তোরুবদা, সাহেবশিংবু খুদোং চাদদুনা. সিফাইশিংগা লোইননা অরানা ফাজনখ্র । সাহেবশিংনা গম্ভীরসিং-নরসিং অনিদা হায়জবদা গম্ভীরসিং নরসিং অনিনা শগোল তোংদুনা তিসান চিংদা শাবা অরা তেঙ্গোল থুগাইদুনা সাহেবশিংবু কনখি ॥ মসিদা সাহেবশিংনা মৈতৈ মচাবু য়াম্না থাজবা তৌবিমল খঙনা মতম অমদ. লমন্ শিংনবা থন্দুনা লৈ ; মদুদা গম্ভীরসিং-নরসিংনা সাহেবশিংবু নোংমৈ থুস্নু খুলাই মতেং পাংবিয়ু ; মণিপুরদগী

অরা তানথোক্কে হায়জবদা য়াডুনা, থুলাই নোংমৈ মচাক। লোয়ননা পিরে।। মৈতৈ সিফাই ২০০০ রোমগা লোয়ননা গম্ভীরশিংনা লানশা শগোল সনাবী পার্থশিং, অচোইবা লুরাংবা, নেপ্রা সৌগাইজম্বা, থাঙ্গাল, নামাইরাকপা, ফাওভবা, খোংজাম্বা, গুলাপশিং, তানজৌ, হুইদোম্বা কাকপা, শ্রীদাম, সনজীরাম, ময়াংনবরাম অসিনচিংবা অওম্বশিংগা লোয়ননা, কাছারদগী অরা তেঙ্গোল তান্নডুনা হাৎপনা, ঈনা সনা খুংম্বু নপশিনখিডুনা লৌথোকপা য়াদ্রব্বু লমাংদোং মনাক্তা থাংজামলোক্তা থাঙগা লোয়নন' খুৎপু তিংডুনা থাও লৌথোকখি হায়বগী হৌজিক ফাওবা থাওজামলোক কৌনরি।

অদুদগী অমুক অরা তান্নরকপনা, হাওবম মরক বক্ত মান বাবুপারা কৌনরিবা অসিদা নুমিৎ ৫ নি অকনবা লান থেং-ন্নবদা অরা কায়ডনা চেন্নে।। নরসিং সেনাপতীনা অরাবু অমুক নিংথি তুরেল খোঙবাল য়ৌনা তান্নডুনা হাৎলগ , নিংথি তুরেন্না মণিপুর অরা লৈবাক অনিগী লোন্নবা সীমানানি হায়বা, অরাবু খওহন্নগা, সনা কোন্নুংদা হন্নকই। মতমাসদা নরসিংগী মপাবুং ভদ্রসীং নিংথেম খাবা কৌরগা, মচা অনিগী মফমদা নিংথৌ খুবম শিন্নখি।।

মৈদিঙু গম্ভীরসিং চীংলেন নোংদ্রেনখোম্বা নোংচুপ লম-গাইওম্বা খৃঃ ১৮২৬-১৮৩৫ ফাওবা চহি ৯ লাংথাবান কোন্নুংদা নিংথৌ ওইনা পান্নমই।। সিলেট রাজবাড়ীদগী শ্রীগোবিন্দ বৃন্দামচন্দ্রগা লোয়ননা লেংথোকউডুনা লাংথাবান্দা সেবা চৎলি।

খৃ: ১৮৩৩গী মার্চকী তাং ২৫ দা লোর্ড উইলিয়ম বেনতিঙ্কনা মণিপুরগী মরমদা থৌরম খরা খৈ্রে।। মতুদি : "মণিপুরগী অমসুং আসামলোমদগী ক'র কবিগুম্বা মতমদা অরানা লান তারক্কুনা, কছার অমসুং সিলেটকী উমখৈদ। চিংখৈ পাংবা লমশিংদা চায়খাইতুনা থুল্লিংবা য়্যাদনবা হেক-হেক তৌরে।। অতুনদি মণিপুর নিংথৌ অসি ষ্টেট অমা ওইনা খম্বদি ঐখোয়গী য়াম্না থুদোক চাবা তাই।। অরাগা মণিপুরগসি য়াম্না হেংলিনৈ। অরাগী লাল্লোংদি মণিপুরনা খঙই। মৈতৈগী লল্লোংদি অরানা য়াম্না হৈনদনা থোকই।। মৈতৈগা অরাগসি লান্মী খম্বদি অরানা হেল্লি, অতুবু অরনা হেনজিনবদি উমদে, মসিদা ঐখোয়না থুংলাই মতিক চানা পিদনা সৈহল্লবদি অরাবু মৈতৈনা লায়না শিজিন্নবতাই মসিদা : মৈতৈসি মবুক কয়া চুমদে, মীগী তৌবীমন খঙদে।। মখোয়বু হেনবা তাকপিবা মশিংবু মথক্তা থৌদা নোংদম পিববু য়াওহন্দনা তৌই।। মথক মথা হইদে, ঐখোয়গী মী ওইনা থম্বা য়াদে। মখোয়গী থনক মওং য়াহুনা থুলাই খরা পিরগা, নিংথৌদা থম্ব তাই অদু ওইরবদি ঐখোয়বু ইকাই থুম্নগনি।। মণিপুরমসু লল্লোন-ইতিক্কী থুদোকচাবা হল্লী লৈতে।। মখোয়সি ইঙ্খোল কোয়না লৌউবা খরা হৈ, চঙখোল্লা হৈশিংবা লৈবাক ওইন থোক্কে।। মরম অসিনা ষ্টেট অমা ওইনা থম্লগা, মৈতৈ লান্মী খরগী থুংলাই খরা পিহুনা. মৈতৈ নিংথৌগী মী ওইনা থম্নবা থৌরাংবা তাই।। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী পুক্রিং ইংগনি।। মখোয়সু ইংনা লৈবাক ঙাকনি।। মরমসি

উইলিয়ম বেনটিস্কনা লেপ্লহুনা মণিপুরদা লাক্না গম্ভীরসিংগা উনরে ।। খৃঃ ১৮২৫ দগী বৃটিশনা মকোক থোংনা পুরম্ব মণিপুর নেভী কৌবা সিপাই তেঙ্গোনহু খৃঃ ১৮৩৩ দগী থমদ্রে ।। চিংগী মীনা লমহেনবা, লান হৌরকপা ঙম্দনবা হায়হুনা গম্ভীরসিং নিংথৌদ। খুৎম্ব খুলাই নোংমৈ মচারুচি বা পিরমই । খৃঃ ১৮৩৩ দা মহারাজনা বৃটিশকা সান্ধি অনা তৌনৈ, মহুদা কাছার অমসুং মণিপুরগী ঙমখৈ লেপ্লখি । ঃরানা লান তৌরক্লবস্ব অমাগা-অমগা মতেং পাংনগনি হায়বা লেপনখি । অদুগা মণিপুরগা বৃটিশকা অতৈ-অতৈ লনগা লল্লোন-ঈতেক তোনবদা অপন অকায় লৈহন্নহুস হায়নম্ব য়ানখি ।। মসিগী সান্ধিসিবু Treaty of yandaboo with Gambhir Singh কৌই ।।

## গম্ভীরসিংহ

গম্ভীরসিংন বরাক তুরেলগী নোংপোক-নোংচুপ্তা লৈবা চিংশাং অনিহ মণিপুরগী মন্নুং চনগে হায়রগীদমক বৃটিশ Govt. তা মরম খরা য়াবা তাখি।। খৃঃ ১৮৩৩ দগী এপ্রিলগী তাং ১৮ দনি অসিদগী হিন্দুস্থানগী গবর্নর জেনেরেল অমসুং সুপ্রিম কাউনসিল্লা মখাগী অসি পিরি ঃ অনেরেবল কোম্পানিগী পক্ষদগী বরাক তুরেনগী নোংপোক-নোংচুপ্ত লৈবা চিংশাং অমনা কালানাগা কৌবা, অতোপ্পা অমনা মুংঙাই কৌবহু, গম্ভীরসিংদা শিন্নবে ।। জিরি তুরেলগী নোংপোক থংবা তোনবান অমসুং বরাক তুরেলগী নোংচুপ পাংনা থেকখিবা মফম অদুনা মণিপুরগী ঙমখৈ ওইগনি,

তৌবগীদি মথাগী মরমশিংসি য়াবা তাই ঃ – (১) রাজানা হায়বা মতুংইন্না খীন্দনা চন্দ্রপুরগী থানা মফম তোংদোক্কদবনি, অদুগা জিরি তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্ব্বান্দা শেমগদবনি ।। (২) মৈতৈ অমসু বঙ্গাল লম্লোনবশিংনা লম্লোন-ঈতিক তৌবদা, থিংওই-দবনি মহাক্না লম্লোনমন (শুল্ক) য়াম্না লৌরোইদবনি. লম্লোন-পোংশিদা মোনোপোলি লৌরোইদবনি ।। (৩) রাজানা কালা-নাগা চিংদা অমসু উখারন্দ ঈথন্দ মখোয়গী মতুংইন্না শিং লশিং মোরাক ইশোরচিংবা চিংদা থোকপা পোৎ য়োন-জবদা থিংলোইদবনি। (৪) জিরি তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্ব্বান্দগী কলা নগারে মনা খোবুম তাহনা মণিপুর য়োবা লম্বী শেম্না লোয়নগমু রাজানা মেরামত তৌগদবনি, কুম্বী-কালেন থাক্কগা মণ ওক চৎপ য়ম্নবনি ।। বৃটিশকী কর্ম্মাচারীশিংনা অতুম খৈ হায়বত্থ য়াগদবনি ।। (৫) লম্লোন-ঈতিক নিংথিনা তৌনবগীদমক লম্বী শেম্না কান্নবা মতুংইন্না হাও পিগদবনি ।। (৬) কবোগা লান থেংনবদা মণিপুর ভাক্রবগীবু ওইরবসু নত্রগা নিংথি তুরেল লাম্ন লান শোক্রবদি দমক্তা মণিপুরদা লাম্মী তুরুপ থারকপদ বৃটিশ Govt. গী কান্নবা মতুংইন্না খুংসু-খুলাই পুনবা হাও পিগদবনি। (৭) বৃটিশ লমগী নোংপোক থংবনা ফত্তবা অমা থোকপদা রাজানা মহাক্কী লমীনা মতেং পাংগদবনি ।। (৮) রাজানা বৃটিশ Govt. দগী ফংবা খুংগু-খুলাইগীদমক দায়ী পুগদবনি ।। বৃটিশনা থংনবগীদমক্তা থা খুদিংগী লেভীগী মরী লৈনবা কর্ম্মচারীদা খরচ হিসাব পিগদবনি ।।

ঐগী মাঙদা সহী অমসুং শীল (Seal) শম্বনি

শ্রীযুং গম্ভীরসিংহ (মণিপুর) ঐনা সুপ্রীম কাউনশিন্না থারকপা চেদা ইরিবশিং অসি য়ারে ।

সহী

সহী এফ, জে ; গ্রণ্ট

শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ

তাং ১৮ । ৪ ৮৩৩ ইং

খৃঃ ১৮৩৩ দা গম্ভীরসিংগা বৃটিশ Govt. কা কবো ভেলিগী মরমদা মিটিং তৌই ।। কবোগী লম খব মণিপুরনা খুদুম চন্দুনা লৈরমই ।। মতুদি মেদিঙু ব্যাম্ব হাক্তক্তা পোং নিংথৌ খিখোম্বগা ব্যাম্বগা কবোগী লম য়েরৈ, মতুদা মৈতৈগী লমসি :— নোংপোক-লোমদা ভিলানচিং লোইজরি ফাওবা মৈতৈগী লম ওইরমই ।। লমসি নিংথি তুবেলগা রাংমদা লৈবা ভিলান অমসুং লোইজরি চাংনি ।। গম্ভীরসিং হাক্তক্তা নিংথিগী নোংপোক রাংমদগী হৌনা পোং নিংথৌগী মফমদ পিখদুনা নিংথি তুবেলনা কোনবা নোংচুপ থংবা লম মথৈ মৈতৈগী লমনি ।। নিংথি তুবেলনা মৈতৈগী সিমানানি । মবম আসদগী বৃটিশনা হায়। কবোগী লম খরা অসি কবোগী ওইহনগ্রাসি, ব্রহ্মদেশকী মঙ্গং চনহল্লসি, চহি খুদিংগী লুপা লিশিং ৬০০০ অসি নিংথৌদা খাজান থারগে হায়না লেপ্পহুনা সহী তৌখি, কবো ভেলসি স্কোয়ার মাইল ৭০০০ চাওই ।। লাংথবান্দা ইং ১৮৩৪ গী জান্যুয়ারীগী তাং ২৫ দা কমিশনার মেজর এফ, জ. গ্রেণ্ট অমসুং কেপ্টেন আর বাইলিউ

পেম্বরটন সাহেব অনিনা সহী তৌখি, মতুদা নিংথৌনা রারম অনি য়ানখি ।। বাইট অনরেবলদি গবর্ণর জেনেরেল ইন কাউন্সিলনা পিবা পাওতাক মতুংইন্না. আভাদগী থারকপা বর্ম্মীজ কমিসনারসিংদা মেজর গ্রান্ট অমসুং কেপ্টেন পেম্বরটন্না কবো ভেলী হনখ্রে ।।

গম্ভীরসিংদা মথাগী রারমশিং অসি খণ্ডহল্লি :— (১) সুপ্রীম গভর্ণমেন্টনা লেপ্লে মতুদি বৃটিশকা বর্ম্মীজ কমিসনারসিংগা য়ানবা মতুংইন্না কবো ভেলি হনখিবা ইং ১৮৩৪ গী জান্নুরারিগী তাং ৯ দগী হৌনা থা খুদিংগী লুঃ ৫০০/৫০০ পিবা। (২) তশেং-তশেংনা খণ্ডগদবা অমদি, খোদোক অমগী আভাদা লানাগ্রবা লমসি মণিপুরদা মমাংঙৈগী মতৌগুম্না হল্লক্রবদি, হৌজিক পিরিবা শেল অসি পিবা হৌখিবা তাং অতুদগীমক পিবা লেপ্কনি ।।

সহী

১। এফ, জে, গ্রান্ট মেজর কমিসনার

২। আর বাইলউ পেম্বরটন কেপ্টেন

লংথাবাল

মণিপুর তাং ২৫/১/১৮৩৪ ইং ।।

## নরসিংহ

নরসিংহনা যুবরাজ সেনাপতী লুপ্না ওইরগ গম্ভীরসিংনা পোকপা মজা ইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ হাপ্তুনা লৈবাক ঙাকই খৃঃ ১৮৩৪-১৮৪৪ ফাওবা চহি ১০

নরসিংহনা খৃঃ ১৮৪৪-১৮৫০ ফাওবা চহি ৬ নিংথৌ ওই।। খৃঃ ১৮৪৪ দা চন্দ্রকীর্ত্তি পোকপী মাইস্নাম নিংঙোল কুমুদিনী মহারানিনা (১) থাঙ্গাল (২) মেপ্রা (৩) রামচরণ (৪) বলরাম (৫) তাম্রশিং (৬) মন্ত্রীময়ুমগী নবীনসনা মখোয়সিগা তান্নদুনা নরসিংহবু হাৎনবা হোৎনক্লবদা নবীন সনানা থাঙনা য়ানলুবদা নরসিংনা পাম্বোম্না ওক্ কন্না হৌগৎলকৃপদা ওক্তা য়ালহৌদে; পাম্বোমদা খরা শোকই, শিঢৌদ্রবদা, চন্দ্রকীর্ত্তি পুদুনা কুমুদিনী মগারাণীনা অঙম্বা খরগা ক'ছারদা চেনখি।। নরসিংনা মী থাদুনা ২/৩ বক কৌথোকহনবদা চন্দ্রকীর্ত্তীবু থোরক্উ হায়বা য়াদ্রবদা লৈবাক্কা নরসিংহবু খৃঃ ১৮৪৪ স্থবদা নিংথৌ হাপখি; মনাও দেবেন্দ্র চাকাতাববু যুবরাজ হাপই।।

গম্ভীরসিং হাক্তক্তা লংথবান্দ কোন্নুং ওইরমই, নরসিংহনা নিংথৌ ওইবদা কংলা কোন্নুংদা হোংগৎলি।। নরসিংহ নিংথৌনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন, মাগী ব'শগী সনা ইবেম্মশিংবু জলকেলি পালা হায়না হৌদোক্তুনা শক্হল্লি।। খ্বাইরম্বন চেক্কী থোং শাবা হৌরমই; লোইবা ওমলমদে।। মনাও ইবুংঙো যুবরাজ দেবেন্দ্রসিংদা নিংথৌ খুভম শিন্নবন্নগা খৃঃ ১৮৫০ দা নোঙ্গাখি।। ৬১ মৈ'দিদু দেবেন্দ্রসিং, উপেন্দ্রসি, তাক্না তাবা নিংথৌ খৃঃ ১৮৫০ স্থবগী কাপেন থাদা নিংথৌ ওই।। মজা ইবুংঙো খৌদোনবু যুবরাজ হাপই।। ম'ভমসিদা, নরসিং মহারাজনা পোকপা ভুবোন-শিংনা কাছাবদা চৎখিদুনা চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ ওইয়ু হায়না

কৌথোকউদনা লংথবান কোম্নুংদা লৈবদা মৈতৈ অয়াম্বা নিংথেম পিশক্কী মীচঙ ওইখ্রবদা ; দেবেন্দ্রাসিং মাগী মী লৈতদ্রুন ময়াং লৈবাক্তা চেনখি ॥ থা ৩ নিংথৌ ওইরমই ।

---

## মণিপুরগী নিংথৌশিংগী মিং

| নিংথৌগী মিং | পানখিবা মতম | পাল্লম্বা চহি | |
|---|---|---|---|
| ১। মৈদিঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা যবিষ্ট কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ সুবদগী নিংথৌ ওই ॥ | খৃ: ৩৩-১৫৪<br>শ: ৪৫-৭৬ | চহি | ১২০ |
| ২। মৈদিঙু খুয়োন তোম্বোক, ক্ষেমচন্দ্র সিংহ। | খৃঃ ২৫৪–২৬৪<br>শঃ ৭৭–১৭৫ | ,, | ১১০ |
| ৩। মৈদিঙু তাউথিংমাং, জলগত্য সিংহ । | খৃঃ ২৬৪-২৬৪<br>শঃ ৭৭-১৭৬ | ,, | ১০৯ |
| ৪। মৈদিঙু খুইনিঙোম্বা, খগন্ধীপ সিংহ ॥ | খৃঃ ৩৬৪–৩৭৯<br>শঃ ২৮৬-৩০১ | ,, | ১৫ |

| | নিংথৌশিংগী মিং | পানখিবা মতম | পাল্লম্ব | চহি |
|---|---|---|---|---|
| ৫। | মৈদিঙু পেংসিবা, পুন্য ক্ষেম সিংহ ॥ | খৃঃ ৩৭৯–৩৯৪ শঃ ৩১০-৩১৬ | ,, | ১৫ |
| ৬। | মৈদিঙু কাওখংবা, একোদর সিংহ ॥ | খৃঃ ৩৯৪-৪১১ শঃ ৪১৬-৩৩৩ | ,, | ১৭ |
| ৭। | মৈদিঙু নাওখম্বা, নীলমনি সিংহ ॥ | খৃঃ ৪১১–৪২৮ শঃ ৩৩৩–৩৫০ | ,, | ১৭ |
| ৮। | মৈদিঙু লাইরেন নাওফংবা নাওফাংবা দেবন্ত সিংহ | খৃঃ ৪২৮-৫১৮ শঃ ৩৫০-৪৪০ | ,, | ৯০ |
| ৯। | মৈদিঙু সমৈরাং শ্যামচন্দ্র সিংহ ॥ | খৃঃ ৫১৮-৫৬৮ শঃ ৪৪০-৪৯০ | ,, | ৫০ |
| ১০। | মৈদিঙু উরা কোনথৌবা কবিচন্দ্র সিংহ ॥ | খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮ শঃ ৪৯০-৫৮০ | ,, | ৯০ |
| ১১। | মৈদিঙু নাওথিংখোং, হোংনেময়োই থুনজাও নীলাম্বর সিংহ ॥ | খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩ শঃ ৫৮৫-৬৮৯ | ,, | ১০০ |
| ১২। | মৈদিঙু খোংতেকচা, খেলামন্দ্র সিংহ | খৃঃ ৭৬৩ ৭৭৩ শঃ ৬৮৫-৬৯৫ | ,, | ১০ |

| | নিংথৌশিংগী মিং | পানখিবা মতম | পালখ্বা চহি | |
|---|---|---|---|---|
| ১৩। | মৈদিঙু কৈরেনচা, | খৃঃ ৭৮৪-৭৯৯ | চহি | |
| | কীর্ত্তিবর সিংহ॥ | শঃ ৭০৬-৭২১ | ,, | ১৫ |
| ১৪। | মৈদিঙু য়ারবা | খৃঃ ৭৯৯-৮২১ | | |
| | দন্তদিপ্তি সিংহ | শঃ ৭২১-৭৪৩ | ,, | ২২ |
| ১৫। | মৈদিঙু অয়াংবা | খৃঃ ৮২১-৯১০ | | |
| | অথাও প্রতাপ সিংহ | শঃ ৭৪৩ ৮৩২ | ,, | ৮৯ |
| ১৬। | মৈদিঙু নিংথৌচেং | খৃঃ ৯১০-৯৪৯ | | |
| | কমিনি সিংহ | শঃ ৮৩২-৮৭১ | ,, | ৩৯ |
| ১৭। | মৈদিঙু চেংলৈ ইপান | | | |
| | লান্থবা | খৃঃ ৯৪৯-৯৬৯ | | |
| | চন্দ্রমনি সিংহ | শঃ ৮৭১-৮৯১ | ,, | ২০ |
| ১৮। | মৈদিঙু য়াংলৌ কৈফাবা | খৃঃ ৯৬৯-৯৮৪ | | |
| | ব্যাঘ্রজীৎ সিংহ | শঃ ৮৯.-৯০৬ | ,, | ১৫ |
| ১৯। | মৈদিঙু লোয়ম্বা, | খৃঃ ১০৭৪-১১১২ | | |
| | লবঙ্গ সিং | শঃ ৯৯৮-১০৪৪ | ,, | ৪৮ |
| ২০। | মৈদিঙু লোইতোংবা | খৃঃ ১১২২-১১৫০ | | |
| | লোকর্নাথ সিংহ | শঃ ১০৪৪-১০৭২ | ,, | ২৮ |
| ২১। | মৈদিঙু অতোম য়োইরেম্বা | খৃঃ ১১৫০-১১৬৩ | | |
| | লোকর্নথ সিংহ | শঃ ১০৭২--১০৮৫ | ,, | ১৩ |

| | নিংথৌশিংগী মমিং | পালম্বা মতম | পানখিবা চহি |
|---|---|---|---|
| ২২। | মৈদিঙু হেমতৌ ইরানথাবা<br>ইন্দিবর সিংহ | খৃঃ ১১৬৩-১১৯৫<br>শঃ ১০৮৫-১১১৭ | ,, ৩২ |
| ২৩। | মৈদিঙু থরানথাবা<br>সুরচন্দ্র সিংহ | খৃঃ ১১৯৫-১২৩১<br>শঃ ১১১৭-১১৫৩ | ,, ৩৬ |
| ২৪। | মৈদিঙু চিংথাং লানথবা<br>চন্দ্রকান্ত সিংহ | খৃঃ ১২৩১-১২৪২<br>শঃ ১১৫৩-১১৬৪ | ,, ১১ |
| ২৫। | থিংবাই শেলহোংবা<br>লৈপাক ঙাকপা | খৃঃ ২৪২ ১২৪৫<br>শঃ ১১৬৪-১১৬৯ | ,, ৫ |
| ২৬। | মৈদিঙু পুরান থাবা<br>সঙ্করিত সিংহ | খৃঃ ১২৪৭-১২৬৩<br>শঃ ১১৬৯-১১৮৫ | ,, ১৬ |
| ২৭। | মৈদিঙু খুমোম্বা<br>মাল্যধর সিংহ | খৃঃ ১২৬৩-১২৭৮<br>শঃ ১১৮৫-১২০০ | ,, ১৫ |
| ২৮। | মৈদিঙু মোইরাম্বা<br>স্থিরফচন্দ্র সিংহ | খৃঃ ১২৭৮ ১৩০২<br>শঃ ১২০০-১২২৪ | ,, ২৪ |
| ২৯। | মৈদিঙু থংবী লানথবা<br>আনন্দ সিংহ | খৃঃ ১৩০২-১৩২৪<br>শ; ১২২৪-১২৪৬ | ,, ২২ |
| ৩০। | মৈদিঙু কোংয়াম্বা<br>কীর্ত্তিবর সিংহ | খৃঃ ১৩২৪ ১৩৩৫<br>শঃ ১২৪৬-১২৫৭ | ,, ১১ |

| | নিংথৌশিংগী মমিং | পালখা মতম | পানখিবা চহি |
|---|---|---|---|
| ৩১। | মৈদিঙু ভেলহৈবা | খৃ: ১৩৩৫-১৩৫৫ | |
| | সুদর্শন সিংহ | শ: ১২৫৭-১২৭৭ | ” ২০ |
| ৩২। | মৈদিঙু তোনাবা | খৃ: ১৩৫৫-১৩৫৯ | |
| | | শ: ১২৭৭-১২৮১ | ” ৫ |
| ৩৩। | তবুংবা, | খৃ: ১৩৫৯-১৩৯৪ | |
| | ত্রানদাতা সিংহ | শ: ১২৮১-১৩১৬ | ” ৩৫ |
| ৩৪। | মৈদিঙু লাইরেম্বা | খৃ: ১৩৯৪-১৪০০ | |
| | | শ: ১৩১৬-১৩২১ | ” ৫ |

## চহি মরি নিংথৌ পান্দে॥

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩৫। | মৈদিঙু পুনশিবা | খৃ: ১৪০৪-১৪৩২ | |
| | চন্দ্রহাস সিংহ | শ ১৩২৬-১৩৫৬ | ” ২৮ |
| ৩৬। | মৈদিঙ নিংথৌখেম্বা | খৃ: ১৪৩২-১৪৬৭ | |
| | শ্রীপতিরাজ সিংহ | শ: ১৩৫৪-১৩৮৯ | ” ৩৫ |
| ৩৭। | মৈদিঙু ক্যাম্বা | খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮ | |
| | চিন্তামনি সিংহ | শ: ১৯৮৯-১৪৩০ | ” ৪১ |
| ৩৮। | মৈদিঙু কোইরেম্বা | খৃ. ১৫০৮-১৫১২ | |
| | মুক্তবলি সিংহ | শ: ১৪৩০-১৪৩৪ | ” ৪ |
| ৩৯। | মৈদিঙু লমগাইঙম্বা | | |
| | শলমক্যাম্বা | খৃ: ১৫১২-১৫২৩ | |
| | গাইচন্দ্র সিংহ | শ: ১৪৩৪-১৪৪৫ | ” ১১ |

| | নিংথৌশিংগী মিং | পানখিবা মতম | পাল্লম্বা চহি |
|---|---|---|---|
| ৪০। | মৈদিঙু নোংইন ফাবা | খৃ: ১৫২৩—১৫২৪ | |
| | | শ: ১৪৪৫-১৪৪৬ | ” ১ |
| ৪১। | মৈদিঙু কবোম্বা | খৃ: ১৫২৪-১৫৪২ | |
| | | শ: ১৪৪৬-১৪৬৪ | ” ১৪ |
| ৪২। | মৈদিঙু তাংজাম্বা | খৃ: ১৫৪২-২৫৪৫ | |
| | মাধব সিংহ | শ: ১৪৬৪ ১৫৬৭ | ” ৩ |
| ৪৩। | মৈদিঙু চালাম্বা | খৃ: ২৫৪৫-১৫৬২ | |
| | বিপ্ সিংহ | শ: ১৪৬৭-১৪৮৪ | ” ১৭ |
| ৪৪। | মৈদিংঙু মুংয়াম্বা | | |
| | মোংয়াম্বা | খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭ | |
| | দেমরুদ্ধ সিংহ | শ: ১৪৮৪-১৫১৯ | ” ৩৫ |
| ৪৫। | মৈদিঙু খাগেম্বা | খৃ: ১৫৯৭ ১৬৫২ | |
| | খগেন্দ্রসিং | শ: ১৫১৯-১৫৭৪ | ” ৫৫ |
| ৪৬। | মৈদিঙু খুনজাওবা | খৃ: .৬৫২-১৬৬৬ | |
| | শ্বেতাম্বুজ সিংহ | শ: ১৫৭৪-১৫৮৮ | ” ১৪ |
| ৪৭। | মৈদিঙু পাইখোম্বা, | খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭ | |
| | পাইকিম্ভ্রসিংহ | শ: ১৫৮৮-১৬১৯ | ” ৩১ |
| ৪৮। | মৈদিঙু ভুবী | | |
| | চবাইরোংবা | খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯ | |
| | পীতাম্বর সিংহ | শ: ১৬১৯-১৬৩১ | ” ১২ |

| নিংথৌশিংগী মমিং | পাল্লম্বা মতম | পানখিবা চহি | |
|---|---|---|---|
| ৪৯। মৈদিঙু ময়াম্বা | | | |
| গরীবনিরাজ | খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ | | |
| পামহৈবা গোপালসিংহ | শঃ ১৬৩১-১৬৭০ | ,, | ৩৯ |
| ৫০। মৈদিঙু জীৎলাই. | | | |
| সনাসমৈরাং | খৃঃ ১৭৪৮-১৭৫২ | | |
| খাগী লানথবা | শঃ ১৬৭০-১৬৭৪ | ,, | ৪ |
| ৫১। মৈদিঙু ভারতশাই | খৃঃ ১৭৫২-১৭৫৩ | | |
| নিংথৌহঙম্বা | শঃ ১৬৭৪-১৬৭৫ | ,, | ১ |
| ৫২। মৈদিঙু মোরাম্বা | | | |
| গৌরশ্যাম | খৃঃ ১৭৫৩-১৭৫৯ | ,, | ৬ |
| ৫৩। মৈদিঙু কার্ত্তা | | | |
| চিংথংখোম্বা | খৃঃ ১৭৫৯-১৭৬২ | ,, | ৩ |
| জয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র | খৃঃ ১৭৬৩-১৭৬৪ | ,, | ১ |

খৃঃ ১৭৬৪ দগী অবা লান্দারক্নুনা লৈবাক কায়রে।
খৃঃ ১৭৭৫ ফাওবা চহি ১১ অসিদা লৈবাক ঙাকপদি

| | | | |
|---|---|---|---|
| (১) খেলেম্বা | খৃঃ ১৭৬৪-১৭৬৭ | চহি | ৩ |
| (২) কার্ত্তা | খৃঃ ১৭৬৭-১৭৬৯ | ,, | ২ |
| (৩) বৈবিরাম | খৃঃ ১৭৬৯ ৭০ | ,, | ১ |
| (৪) কোকিলানন্দ সনাইরৈংবা | খৃঃ ১৭৭০-১৭৭২ | ,, | ৩ |

| নিংথৌশিংগী মমিং | পাল্লম্বা মতম | পানখিবা চহি |
|---|---|---|
| (৫) কার্ত্তা | খৃ: ১৭৭২-গী | থা খরা |
| (৬) ভগবন্ত | খৃ: ১৭৭২–.৭৭৩ | থা খরা |
| (৭) কার্ত্তা | খৃ: ১৭৭৩-১৭৭৪ | চহি ১ |
| (৮) রাংখৈ খুলিং | খৃ: ১৭৭৪-১৭৭৫ | থা খরা |
| (৯) কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র | খৃ: ১৭৭৫-১৭৯৮ | চহি ২৩ |
| ৫৪। মৈদিঙু লাবন্যচন্দ্র সিংহ | খৃ: ১৭৯৮–১৮০১ | |
| লাইবেনশোম্ব | শ: ১৭২০-১৭২১ | চহি ৩ |
| ৫৫। মৈদিঙু মধুচন্দ্র সিংহ | খৃ ১৮০১-১৮০৩ | |
| ভলেনখোম্বা | শ: ১৭২২-১৭২৫ | চহি ৩ |
| ৫৬। মৈদিঙু চৌরজিৎ | খৃ: ১৮০৩-১৮১৪ | |
| নোংচুপ রাইবং পামহৈবা | শ: ১৭২৫-১৭৩৬ | চহি ১০ |
| ৫৭। মৈদিঙু মরজিৎ, | | |
| নোংপোক রাইরং | খৃ: ১৮১৩-১৮১৯ | |
| পামহৈবা | শ: ১৭০৫-১৭৪১ | ,, ৬ |

খৃ: ১৮১৯ গী মনুংদা চহি ৭ খুত্তাবখি, মতুদা লৈবাক ঙাকপদি (১) হেরাচন্দ্র ডাকু খৃ ১৮১৯–২০, (২) ভুইয়োম স্থবল-খৃ: ১৮১০ থা খরা (৩) যুবরাজ ভবা খৃ: ১৮২০ গী থা খরা (৪) গম্ভীর সিং খৃ: ১০২১ থা ৬ (৫) জয় সিংহ খৃ: ৮২১-২২, (৬) যদু সিংহ খৃ: ১৮২২-২৩ চহি ১ (৭) রাঘব সিংহ খৃ: ১৮২৩ ২৪, (৮) ভদ্র সিংহ ফাবা খৃ: ১৮২৪-২৫ চহি ১।

| | নিংথৌশিংগী মিং | পানখিবা মতম | পানখ্রবা চাহি |
|---|---|---|---|
| ৫৮। | মৈদিঙু গম্ভীর, | খৃঃ ১৮২৫-৩৪ | |
| | চৌংলেন নোংড্রেন খোম্বা | শ: ১৭৪৭-৫৫ | ,, ৯ |
| ৫৯। | মৈদিঙু নরসিং, | খৃঃ ১৮৩৪-৪৪ | |
| | লৈশাক ঙাকপগা | শ: ১৭৫৫-৬৫ | ,, ১০ |
| | (চন্দ্রকীর্ত্তিগী) নিংথৌ | খৃঃ ১৮৪৪-৫০ | |
| | ওইবনা | শ: ১৭৬৫-৭১ | ,, ৬ |
| ৬০। | মৈদিঙু দেবেন্দ্র, | | |
| | চাকাতাবা উপেন্দ্র সিংহ | খৃঃ ১৮৫০ গী | ,, ৩ |
| ৬১। | চন্দ্রকি ত্ত, | খৃঃ ১৮৫০-৮৬ | |
| | কেঃ সি. এসঃ আই | শঃ ১৮৭২-১৮০৮ | ,, ৩৬ |
| ৬২। | সুরচন্দ্র, | খৃ: ১৮৮৬-৯০ | |
| | নিংথেমহন | শ: ১৮০৮-১২ | ,, ৪ |
| ৬৩। | কুলচন্দ্র, | খৃ: ১৮৯০-৯১ | |
| | ঙাক্রাচাবা | শঃ ১৮১২-১৩ | ,, ১ |
| ৬৪। | চুরাচান্দ, | খৃ: ১৮৯১-১৯৪১ | |
| | হুয়েন লানজংফাবা | শঃ ১৮১৩-৬৩ | ,, ৫০ |
| | C.B.E.K.C.S.I | | |
| ৬৫। | মৈদিঙু বুধচন্দ্র সিংহ | খৃ: ১৯৪১-৫৫ | |
| | হুইয়েন কৈরেন লালথোবা | শ: ১৮৬৩-৭৭ | ,, ১৪ |

## অরোইবা ৱারোল খরদং

"ইণ্ডেম্রে" কৌবা পুয়া অসিদা লাই হরাওবদসু ঈশৈ ওইনা শরুবা অদুগা পান্থে পাউরৌ ওইনসু শিজিন্নবা লিরবা শৈরেং খবগী মরমদা ৱারীগা কোম্নবা অসুক ফজনা তাকপগুম অতৈ পুয়াদনি থেংনদে। মরম অসিদগী পুয়া অসি সাহিত্যগী মিৎয়েংদা পুক্নিং হুনা ফজরবা মচাক লৈবা অমদি মগুণ চেন্নবা লাইরিক অমনি হায়না লৌজনীংই।।

পুয়া অতৈদা ফংবগুম্না শান্তিদাসনা মণিপুর হায়না ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু থোন্দ্রিহৈগী মমাঙদা হান্নদি কংলৈপুং কংলৈপুং মযোল কংলৈপাক কৌরম্বনি হায়বা শিমসু পুয়া অসিদা ময়েক শেংনা য়াওরে।

নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাঙদা মৈতৈনা শিরগা চংনরিবা পোংলোইবগী মখল মরিগী মন্নুংদা লৈরিবা ঈশিংদা মৈদা লৈপাক্তা নোংথোদ পথাপ অসি চংনরম্মী হায়বা অসিমসু পুয়া অসিনা তাক্লে।। শিরগা শঙ খনবা শঙ মন্নুংদা অশিবা অহুবু চংবা লরাক মথক্তা লোংনা হিপহন্দুনা থম্বা, অশিবগী চান-থরুবা লাঙহুনা হাপ্পা, খুয়াশেন লুখুমশেন হাপ্পা চেংপোৎ মোনখংনহনবা অসিসু মতম অদুদগী হৌনা চংনরকপনি হায়বসি তাক্লে।

পুয়া অসি কনানা ইরম্বনো হায়বহু তাক্লমদে, অদুগা করম্বা মতমদা ইরম্বনো হায়বহুসু খঙদ্রে।। অদুগা থোকপ্রিবা ৱাবা

অসিদি নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাংঙদা মাগী শায়োন ওইরক্লদোবা শংলৈতোন পাখংবগী ৱাবীনি হায়না মশানা তাক্লকনিনা মসি চহি লিশিং অনিগী মমাংঙগী ৱারিনি ।

কলৈপুংদা ফবা হৈ পুম্নমক্কী থ্বাইদগী কান্নবা মরুওইবা হৈ অনিখক্তি হৈ কুল্ল ( হৈ × শুক ) অমদি হৈনিং ( হৈ × নিং ) নি হায়বসি মস্থ পুয়া অসিনা ৱারীনা তাক্লে । হে পুম্ন-ক্কী মকোক হৈক্রুনি, হৌজিক ফাওবা হৈ অতৈবুদি হি তোংহন্দ্রগা হৈক্রুতবু তোংহল্লিবা অসিনি । হৈ পুম্নমক্কী মশিং ( অরোইবা ) হৈনিংনি ।। হৈ অনি অসি হকচাংদা য়াম্না কান্নবা হৈ ঙাক্তনি । হৈক্রুদা য়োংক্কী শক্তক য়াওই, হৈক্রু অমগা কোমলা অহুমগী মশুগগা মান্নে হায়বসি মাইবশিংগী ৱানি । হৈক্রুদগী মখল মথা অয়াম্বা হিদাক শাবা য়াই, অতুগা পোক ফনবগা থাউ ওইনম্থ অমগা থাউ তৈনরি । হৈক্রু অকংবগী মকুপকা থাউ অহিংবগা তোংনরগা তৈবদা পোক হৌবা ফে হায়নৈ । হৈনিং মকু অসি অফবা হিদাক ওইনা শিজিন্নে হৈ অনি অসি লুহোংবগী হৈজপোং পুবদা ৱ ৎইহদে হায়বিরসিমক্তা হৈ অনী অসিগী কান্নবা অতু তাক্লম্বনি ।

কৌনুগী হায়জপোং পুবদা হৈ অনি অসি য়াওরক্কবদগী কৌক্রু কৌনুগী লৈপুন মীয়াম মমাঙদা ওইনখিদে হায়বতু ৱারী অসিনা তাক্লে ।

মৈতৈগী মতিক ময়াই লৈবশিংদি তুংদা থোক্লগদোবা অতু হংম্না খঙই অতুগা এপোক লাঙোনম্থ খঙই হায়বতু মপু তাবলম্নে ।

শংলৈতোন পাখংবনা নোংদা লাইরেন পাখংবা ওইনা অতুগা লৈস্নানা লুরাং শলাইলক্তা পেংক্লগা মখোয় অনিনা কংগৈপুংদা নিংথৌরেন লৈমরেন ওইরগনি হায়বসি মমোম পোঞ্জেন লৈমদা শগৈংতাম্না থুশলমদাইদা ত ক্লম্মী। অতুমক মতুংদা অদুম পোকখি। থোংগালনৈ হৌজিক্লা থোংগমেন্নৈ হায়না খওনরিবা লৈল অসি মোইরাং থাংজিংগী সলাই অমনা চিংজাও কান্নুনা থিবক্কনি অদুনা পোঞ্জেন লৈমনা থাংজিং চীংজাওগী উকা খুদিংদা থারম্মু হাইনম্নু শংলৈতোন্না মমোমগী মফমদা শিন্নরম্মী। মেন্নৈ লৈস্না নোংজুমপান কাত্তাম্বদি লৈমুংশি কৌহ্নুনা শিংথানরিবা থোংগমেন্নৈ. খম্বনা থাংজিং লাইগী লৈকৎনবা থাংজিং চীংদা থিখি হায়বসি রারীনরি।

পুয়া অসিদা য়াওরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী লেওফমব্রবা মচাক ওইরিবা ফজনা, পূক্নিং হুরবা শৈরেংশিং অসিবু কংলৈপুং অসিদা মৈনা রায়না তাওনা, শন্না, চৎনরক্লবা, মালেম ফাওনা মমিং চৎলবা মৈতৈ অনোয়রোন ( জগোই ) গী য়ুম্ফম ওইরিবা লাই হরাওবা কৌবা থৌরমদা শৈশররিবা অসিনা ইণ্ডেন্নৈ কৌবা পুয়ানা সাহিত্যদা অনৌবা য়াকায় খমা পীবগা লোয়ননা তেল্লবা শৈরেং খরসিদা শাংলবা রারী কয়াবু লোম্নুনা লৈহনবা ঙম্বা শৈরেংগী মগুণবু মীপুম থুদিংগী থংমোযদা নৌংহৌননা ফাওহনবা ঙম্লগনি। নুরা লাইস্নানা লৈরাং লৈকা ওইখিবা, নুরা ইণ্ডেন্নৈনা লৈরাং ইণ্ডেন্নৈ ওইখিবা শিণ্ডেল লৈরাং অনিগী রারীনা মপুং ওইবা ইণ্ডেন্নৈ শৈরেং পুয়ানি।

মশাবী শ লৈতোম্না লৈস্না কায়নবগী মৈচাক্লা অঙাওবগী পান্দমগুম ৱানা মতম লেনখিবা, লৈস্না লৈরাং কোন্দুনা অরোইবা য়াহিপ ত্তানখিবা লৈস্ন। কৌবা লৈৱাংনা কংলৈপুংদা শাংখিবা মখৈদি লৈস্না শংলৈতোনগী মুংশি ৱারীদি মুৎলরোই—কোলোই মিংলেন মান্নবী লৈরাং পান্দম ওইহিবী লৈস্না মাগী নৈচাক্লা শিঙেন পুমচোং চোৎনবু মিৎলু পিরাং শিস্থদুনা শিঙেন্দলক্তো য়াহিপ তর্মাখিবা মুংশি মশুং লাংগীদি কনা য়াওখি মালেমদা? শংলৈতোন্দি নত্তবা চীংদা শাৎপী ইংঙেল্লৈ চিম্নদনা কেনখীবগুম কল্লকইদা শোন্নররোইদো, তমদা শাৎপী শীংঙেনদি কংলৈপুংগী ময়োন্দা পে ঞেনলৈমা মশাইগোন পলেম লৈস্না তুংইম্না পঙৌ শংলৈতান থাগোম্না শাৎহোৱগনি ওসিদি।

লোইরবা



## অইবগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিং

১। নোংপোক লৈহৌচিং-শোক ১৯৫৮ ইং

২। মোইরাং থাংজিংগী চিংগোই-তাং ১৫ । ৪ । ৫৮ ইং

৩। মৈতৈ জগোই অনোইরোল-শোক ১৯৭৩ ইং

৪। ঔবা ঙম্বা-শোক ১৯৭৯ ইং

৫। মৈতৈ ময়েক মপী ১৯৮০-৮১ ইং

৬। মুংলোল

৭। লৈহৌ নাওফম লোন

৮। শজিফু চৈরাওবা মার্চ্চ ১৯৮১ ইং

৯। ময়াং ঙম্বা খাগেম্বা হাকতকী

১০। মৈহৌরোল পুকোক

নম্ফম ঃ— জে, এম, প্রিন্টিং ৱার্কস
য়াইস্কুল জন্মস্থান, ইম্ফাল।